# তুরেল মঙাঙবৈ তোর্ব্বান



## দ্রগকি মঙ

অইবা—জিঃ সিঃ তোংব্রা

## রামাং খরা ঃ

চহি ৩/৪ গুরে লাইরিক ইরগ লম্নাই ফোংজদব। করিগি ? লাইরিক ইরগ শেন মাংব, নোংমদ সঙ্গোম পোৱা মথাই অম চাব ফংদন ফোংবগি করি কান্নৈ ? ইহুন শান্নরগ চেশিংহু মরু মরাং য়োনব নত্রগ চেখাও শাবশিংদ য়োম্থোকপন ওইজদ্রা ? খগুদে কুমসিদি ফোংব য়াব অনৌব ওইন ভৌব বা খর য়াও-রিবসি মাংখিব তারে খন ইহুকেসন মন্ত্রী, দিরেক্টর মতেং খর নিরগ ফোংবা ঙমগ্রে। মরমহুন ইত্রকেসন দিপার্টমেন্তা শিংব ঙমদব লমন তোন্সিল্লে।

রুশাকি এন্দ্রে টারকোভস্কিন মাগি essay 'Sculpting in Time' হায়বহুদ ই :

আর্টতা পীনরিব মথৌসি য়াম্ন তোয়ন থাজনব, To put across ideas (ভাব কয়া পুথোক্লব) — to Propagate thought (রাখল শন্দোক্লব) to serve as example (পান্দম ওইননব)

The aim of art is to Prepare a Person for death (শিবৈ শেম শানব) to Plough and harrow his soul (আত্মাহু খোইদোকপ শেংদোকপ। rendering it Capable of turning to good (ফগংহনব য়ানব)

Touched by a master piece a person begins to hear in himself. that Same Call of Truth which Prompted the artist to his creative act. When a link is established between the work and its beholder, the latter experiences a Sublime, Purging Trauma.

উঝাই খুংশেং অম শোক্ল শন্নক্লরদি নিপাহু মাগি থনুংদৈ অহুম তাব ফংই অচুম্বগি খোল্লাঙহুমক, মহুন উঝাহুবু খুংসেম নৌহু পুথোক্লব ইন্সিনখিব। কলাহুগ ভাবোক্লুগ মরী অমন ফাঙনরব মতমদ ভাবোক্ল থেংনরে মপা লৈতন ঙক্ল ফজ-নুংঙাই মখোইরাং। অহুবু ভারতকি নাট্যশাস্ত্রদ রস নৈনবদ 'ব্রহ্মাস্বাদ' হায়নৈ।

লেখক কলাকার অয়াম্বন ঈশ্বর নিংশিংব ব্রহ্ম নিংশিং-বদগি ব্রহ্মগি মহুৎ ওইন ফজ নুংঙাই Experience অঙকপদো অহুবুন হেম্ন নিংশিংনৈ কাউনদে।

Herman Melville : It is with fiction as with religion. It Should Present another world, but one to which we feel the tie.

রারীনৌদস্মুনি ধর্মদ তৌবগুম। অহুদ অতোপ্প তাইবং অম উৎপ তাব, তৌবদদি মহু এখোয়গ থেংনবদ লোম্দিম্নব।

Albert Einstein : The eternal mystery of the world is its intelligibility.

তাইবংপানসিগি লোইবনাইদব লাইরে লাথুপসি খঙনবদি য়াবসিনি।

তাইবং মীরোল নৈনবসিস্মু লাইরে লাথুপ ফাক শান্নবনি।

জি: সি: তোংব্রা
জানুয়ারী ১৯৯০ ইং

# তুরেল অঙাওবে তোর্ব্বান

(রেডিও লীলা পুং অমরোমগি)

## লীলাদ চংব মীকোক

১। ইথৌ (হনুব)

২। নুপীচা (মগু)

৩ খ্বাই লাকপা (অহল)

৪। খ্বাই লাকপী ( ,, )

৫। নুরজেহান (মুস্লীম নৈশবী)

৬। শিরোই লিলী (চীং নৈশাবী)

৭। চৈরাক নহা

৮। শাইজ ,,

৯। ব্যবস্থা শর্ম্ম অহল

১০। মীতৈ মাইচৌ অহল

১১। লালুপ চিংব অহল

১২। পাথঙ - ১ নহা

১৩ পাথঙ—২ নহা

১৪। পাথঙ—৩ নহা

১৫। মীচম

অঙাং ১/২ গা।

# ভূমেল অঙাওবে তোর্বান

**Fades in Sitar and Tabla duo music**

**Silence 4 Seconds.**

ইথৌ ভূস্বদ নাখোকই খ্রো খ্রো লাও It is raining cats and dogs, Lightening and thunder fades out,

ইথৌ ( খংলাও ) : হৈ। কনানো নঙবো ?

( the song fades in )

ঐবু কনানো হংলিবাও, নঙহুম কনানো ? অপোকপ পম্বৌন ঐগী মহাসাগরনি-মহা ! বাংন পুখংপি মহা আকাশত থাদবিরকই ঝম ঝম খত্রাক ! কনা ওইনি মোংদস্বনা।

পলেম শকপীন পার্ব্বতী

মহাদেবগি চীংশাং নাপোম

ইমিংন ঐগি মহানদ

মীংখা তম্ম ভাওজব খুশি :

ঐবু কনানো হংলিবাও, নঙহুম কনানো ?

অনেস্বদ খন চেম্থনি ঐ, অশোনবদ খন ইন্থূনি ঐ, লৈজরমমু লম্বীদ থং, হায়বিগে

নকম লেংনীংদবশা ট্রান্সফার পামদবশা। নমথায়নি ঐদি খংপেক, থিঙগায়নি ভম্মিবমথৈ, বিচার লৈতে অচুম অরাল

নীংখা ভস্ব নীংব থৌনি ঐ।

লাওনীংব মকমদ লাঙজক চংলু নাত্থাবিদে ঐহাক্তি

কনানো চৈরাক পীরদোব ঐঙোন্দ? ঐবু কনানো হং-

লিবাও, নঙহুম কনানো?

**(After silence for 5 seconds, fades, in children's voice, the marching song.)**

নৈতে ক্রমভম লায়র মচাগি

স্কুলদ হনাকথুন মচাদে।

ফিজেৎস্থ লৈৱদে লাইরিকস্থ ফংদে

লমজাওদ ফম তম্মনি 'ঐখোয়।

গান্ধীন তক হাংকে হাংলু,

ঙম্মগ তাম্থোকঙ ইনাকথুন রাকোক।

শিহিং হিংব ঙম্মরোই ঐখোয়

ইকাইব খাংলনি লমজাউদ ফম।

পীখিয়ু বাপুজী ঐখোয়গি উবা

চারা নামতংগ চাচা নেহেরু।

নীংগ্রী শেংল বোরা থারগ

তমজনি লাইরিক লমজাউদ ফম।

জৈ জৈ মহাত্মা গান্ধীজিগি—জৈ!

জৈ জৈ চাচা নেহেরুজীগি—জৈ।

**( Silence 3 Seconds )**

পা—৩: অঙাংশা! কমথরো লমজাউদ্রা, লাইরিক তম্ব হৌরসি লায়র মচাশা।

অ আ ই ঈ (অঙাংশিংগী খুস্নি)

অম অনী অহুম মরী (—do—)

( Jeep, Car, Bus, Rickshow মখোল ব্রেক ফাবা মীনিন হুইশেল মখোল তায় )

শাজৈ: করিনো করিনো লমজাউদ কম, লাইরিক তম্ব মাত্রাও ?

হন্দোকন্ত হন্দোকন্ত।

চৈরাক: কম্নিগিনো নহারোম্ব, অঙাং অশিকপ কারণ য়েহ্নীং থাম্নিব্রাও? গাড়ীন শকওইব্রাও? স্কুল সুক য়াম্ন লৈরবদ করিগি লমজাউদ? মীন ইন্সিনব য়ারুনু অঙাংশা, মঙ্গল মরু, মিঠাই মতুম য়রগি?

অঙাংময়াম: লায়র মচান তম্মব স্কুলবু কদায়নো? অফব স্কুল অহোংব স্কুল পীয়ো কদায়, লায়রবা অঙাংদা?

শাজৈ: স্কুল পীগে গাড়ীদ কাথৎলু, চৎলুনহে।

চৈরাক: থাঙ্গৎলু অঙাংশিংদু লম্বাংদ থাদোকন্ত মহাবলী বন্দা পু টাঙ্গানবু তম্নিহনসি। মমা মপান মরাইন থিজরনি থাংগৎলো।

অঙাংময়াম: মহাত্মাজীগি—জৈ!

চাচা নেহেরু - জিন্দাবাদ।

(লাওই) অফব স্কুল কদায়দনো? লায়রবৈ স্কুল কদায়দনো?

চৈরাক: ভাবোক হন্দোকপিয়ো কুমহে নত্তেয়ে অহল নহা হন্দোকপিয়ো অঙাং ইন্সিনব য়াওবিনো। নত্রবদি রাকোক চারিগ্নেয়ো?

লাংনৈ লাওনৈ চেনৈ বুপ বুপ ফুই অঙাং কপ্প মখোল ভায়....

শাজৈ : অঙাং শোকনি হন্দোকপিয়ো।

( Noise fades out silence 3 Seconds )

ইধৌ : করিনো হা ? মুপীমচা। সিদ লাও-ও লমজাওদ লাওনরিব লাংনরিবদ্ করিগিনো ?

পিচা : কি অনানব শেংপ ঙমদব অঙাং ময়াম্ম স্রাইক তৌরিয়ে ইধৌ। লমজাউদ ফম লাইরিক তমগে নিংঙাই তৌরি। শারাক শাজৈন ভাবো তাম্মোকই, গাড়ীদ থাঙ্গং অঙাং শিং পুখি নহারোল চেন্নরি লাওনরি নুংহুম থানরি রা-কোক্না।

ইধৌ : নত্তে ইধৌন থঙনীংলিবদি লাংলিবা মীয়াম মরক্তুদ মপান মহাসাগর, মমান মহাদেবগি চীংশাং নাপোম, মহা আকাশতৈ তারকই হায়বত্থ য়াওব্রাও ?

পিচা : মদূদি থঙদে, য়াওবদি উদে ইধৌ।

( Instrumantal music in low tone fades out. লমজাউগি মীনিন Bus, car থোব খোল then 3 seconds silence.)

পাখঙ ১ : লেপ্প নাইদে, মরম ওক্ত চেম্হরি ঈচেল মতম হঙ্গংতুনা, ঈরোইসিরা নক্রগা তম্ন ভাওথসিরা ঐখোয়বো ?

পাখঙ ২ : ঐদি ঈচেলসি থংলগ দাম ফজন শারম্ব, মতমসি ফারগ পৈথং তোর্ব্বান্দ তাজমহল শারম্ব পাম্বনি।

পাখঙ ১ : কৈকাম্নদোরিবা ? সাজাহান শারম্ব মার্ব্বলপি মঙ

তাজমহল, মীয়াম্ন য়েংনৈ থাগংনৈ। খন্থক্লরদি নঙগুম্ব ঐগুম্ব লায়রব লাখ কয়ান চহি কয়া খুংস্থমন নিংথিন ফংদন খিনগংলম্ব নত্রাও? মতুবু মমতাজ বেগম্বু মুংশিবগি খুংতয়া নত্রগা লায়র লখা কয়া ওংখি নৈখিবগি নিংশিং খুত্তম্লাও?

পা ২ঃ ভারতকি স্বধীনতা ফংনব লানফমদ মহাত্মাজীন চহি কয়া অৱাব-খাং শাগংখিব দামতু ঙমখৈ নাইদব ঈচাও ইপাক্ত খিল্লম্ব Light house নত্রাও জাহাজ কয়াদ চেক-শিনহন্নব. লম্বী তাকপা।

পা ১ঃ দাম শারুবৈ, লাইট হাউস খিল্লম্বগি মনান শারমচংকি নোংমৈ মরু। কান্নদে ভায়, মতমগ ঈরোইনন তাওথসি রাদন হিংসি। ইপোক ফত্তব ঐখোয়ন হৌগ্রব মতমদ তাওখংলুরগ হূরান্দুন হিংলম্ব ইপা-ইপুই খোঙ্গুল লীক্লরগা বদনাম নত্তন কার থেংননি?

পা ২ঃ অতুবুদি চুম্মি, হৌগ্রবসিদি নিংশিং শ্লেটুগি মুংথংখিবন ফৈঃ হম্ন য়েংউবদ পি তানীংব ঙাক্ত। ঙাইখো ঙসি নঙবু হৌখিব মতমদৈ স্বত্ত্ব ফুরিংথাওদ করি য়াওরকপগে? হি-দাক থর থকসিম্না থৌনা পীঙম্বজাং?

পা ১ঃ শেলদি য়াওদে থৌনাবুদি মচা অম য়াওরকই।

পা ২ঃ থৌনা য়াওরদবু থকনীং চাংনীংব রাংকত্রাও? লাও আদৈ মীছংথোঙদ ঙাল্লিব থবাসে উত্রাও?

পা ১ঃ উরে, ফজৈ হৈ! নঙগ থঙনত্রাও?

পা ২ঃ থৌনা য়াওরীবদবু খঙনব খঙনদব অমত্তনি লাও চংলুসি মনাক্ত। ( Record steps )

শিরোই লিলী : ইবুংখোয়, করি পাম্বিসিরা ?

পা ১ঃ পাম্বদি নঙবুনি, নশক য়েংব মুংঙাই হকচাং তেকখংলিহৈ।

শিঃ থেংক য়ু সার।

পা ২ঃ করি করি অচা অথক চীন্দ পীশিন্নব লৈবিসিগে ঈচন ? পুক্ল লাম্বদি মীংকি টিঙ্গাক নঙন পুক থলহনবদি ঙম্বিদেংকো ঈচন ?

শিঃ অচুম্বনি ইবুং, মহী লৈনি, মৈখুস্থু লৈবিমিকো, ইমুংদ চংবিরকসি। অহ্, লাংবদি য়াবিদেকো ইবুংখোয় স্থুরাইদ হিদাক ফাব শারাক শাজৈ য়াম্ন লাকপিকো।

পা ১ঃ Never mind, কিগনু ঐখোয়দি মখোয়বু রারকপিব পাখঙ ঙাক্লে।

শিঃ ঐখোয়দিকো চেনফম লৈজদবনিন মখোয়গি থেংফম-ঙাফমনে তোর্ব্বান, শেনখায়স্থু হুনবিবনে। ইস, ঐখোয়দি য়াম্ন রান মতম লেজবনে। মহীস্থু মপংস্থু লৈ।বিরে অপাম্ব খনবিরো ইবুংখোয়।

( Record sound effects of চাব থকপ )

পা ১ঃ নহারোলন শক্তি পাম্নরনি, নঙ রাগদব মতম কুইদ্রে। নঙস্থু শেল য়াম পান্নগদি, নফমস্থু চাউনীংলবদি ঐখোয় ইতুং ইল্লো।

শিরোই: ইনবিগেনে, স্নুক রান মীন ওৎপি নৈবিব থাংবিদৌশরুক। ইপা ইপু লায়রবা ঐখোয়দি হিংবিব রাপ্রেকো ইবুং।

পা ২: চুম্মিনে ঈচন। থৌনাদ ফৌ, নীংব কায়নু ঐখোয় লৈরিকো।

শিরো: নুংশিনসিকো ইবুংখোয়, চানমক্কি—

পা ১: শিয়োর, I love you Siroy lily.

শিরো: I too, love you Sir with all my heart.

পা ২: Then I am the witness to God. You are man and wife. (খুবাক খুই খিৎতং) ভাইখো, নখোয় নমাং লম্বিসিদ bank অমদি Post office তা শেল থম্মুনব পুব মী চৎত্রা?

শি: য়ান্ন চৎপীবনিকো।

পা ১: অহুদি দার্লীং, মখোয়ন পুরিব শেলহূ ঐখোয়গি ভাক্নে। শেল থৌগে লাকপনে ঐখোয়।

শি: তু আদ চৎলিব মীয়ান অনীসে রিক্সাদ তোংলিসে! মখোয়গি বাজার বেগসে করি য়াওরিগত্রা খঙদেকো!

পা ১: লাকও ভায় শেল থৌরুসি?

পা ২: চৎলু, রিক্সাহূ থাম্মু। (রিক্সা বিং বিং)

পা ১: রিক্সা খামখো হায়! নণা হুৎত্রাও? ভাইখো হায়রগ?

(শেং থাব মখোল)

রিক্সা: মী নৈজরে হায়হূন তৌবনি সাহেব।

পা ১: মী য়াওহূন থাম্মিবনে। নখোয় কনা কনানো?

পা ২: ঐখোয়গি শেল তোনখিব মী য়াওরে। ( কাক ) কৈ-
দৌন লোৎচংলি। কদায় বাজার বেগতু পীরকউ য়েংগে,
নত্রগ নথবাইদু — —

পা ১: য়েংউ করিনো ঐন পায়রিবসে ?

মীচম: করিগিনো লাইদ কংনব অরুব পোং য়াওজরি।

পা ১: য়াওবহুন পীয়ু হায়রিবনে। থেংখ্রে কদায় ?

মীচম: চেনুং থর লৌথোকচখিগে. শেলথৈদ পুবিখো
( মখোল নিক, চেরে চেরে লাওই )

পা ২: পরপ পরপ কদায় ?

পা ১: নখোয়নী কুমথরো, নমীং উইশিল্লু লেপ লৈহৌ, ঐ-
খোয়ন য়ারে লাওরকত্রি ফাওব ?

পা ২: হৈ রিক্সা নঙ ইমানীবু কার পার্কিং অসি ফাওবদং
থিল্লু চংলু।
( রিক্সা মখোল ওহাক কান্নরগা স্কুটর মখোল থৌরকপ
তায় )

মীচম: পুলিশ শাব, হুজিক্কু শেল লাকখ্রে লিশীং ৫০ ঐঙোন্দ,
অমুক্ত তায়বিয়ু কার অশংবদ তোংখ্রিবসে রিক্সাদৈ
কুমথরগ।
( fades out, কার থৌখিব তায়বগি মখোল Silence
4 seconds, fades in procession chorus
song :),
চাক ফি পীয়ো, ঐখোয় হিংগে ?

চাকলেম চারি, খিমন শেংলি, ইকাই ইকাই ইহৈ তম্রে, খবক পীয়ো. চহি হেল্লে। অমদ হংঙ্ইই, খবক লৈতে ভোলোব তংখাই কদায় লোংখ্রে খুদোং চাবৈ, মীচং নাই-দবৈ খবক পীয়ু ইতিক চাব, করি চা হিংউগে ? শ্ হায়বদ শ্জগে কৈনো,

অব্রামন্দ পীয়ু ইতিকচান।

শাজৈ : লময়াই খংপিনো. মতাই মতাইদা!

চৈরাক : লৈতুম সুংতুম, খুংলাই পায়নো ?

শাজৈ : লাংখিনো. তাবিয়ো !

চৈরাক : খ্বাই লাকপ লাকপী লেংলক্রে। ব্রা ভাংবিদৌরি মুন্ন ভাবিয়ু মন্নাম।

লাকপ : ইচাশা ইত্তশা, ব্রা হায়গে তাও। নখোয় অয়াম য়ামদ খিখিনু, নতিক চাব খবক ফংত্রিবৈ নোংমগি লুপা ১০/১০ মুক লৌরগ কারখানাদ খবক খর খর শ্ব য়াওক্ল। ঐন হায়রম্মবনি চংলু হেক্ত।

লাকপী : ইচাশা ইত্তশা, নবুক অপ্পু সুংতুম পায়নু মতম ফক্ত-বসি খর খাংখো, কুইররোই কুম অফব লাক্লনি। কার-খানাদ শ্নিংদবা কাংবুন লৌবুক্ত লক্ষাং হিঙ্গোলদ শ্ক্রচো সুংশিং সুংশা অশেংবদ। লুপা ১০/১০ রোম নোংমদ অতুম ফংনি, সুপীসু নিপাস্থ।

মীচম : চেং রানবদি ১০ না ওক্কনি, য়েঞ্চাংদি ইমাশিন পীবিগত্রা ?

অতোপ্প ১: সুপী অঙাংদি পাবুং করি শেংপ করি চাষ ?

( লাংই লাওই নোক্লৈ )

চৈরাক : লাংগনু মক্লপশা শাস্ত অহিংসা !

মীয়াম : চাকফি পীয়ো — ঐখোয় হিংগে ?

( তোয়ন লাওব য়ৈন শুনব লাংব )

**Rioting throwing stones etc. Tear gas cells fired— fades out. silence 4 seconds.**

পাখঙ ৩: খোঙমী ভায়া, সিদ লাও বা ১ তায়সি ?

নিপা ১: তাকপিয়ু অথোবা ?

পা ৩: তু আদ, নোম নোম চৎলিবী, ঐশিং পুন অথনবী, বারক্কী তয়ান মানবীসিবু করম্ব ফিলমদ কুম্বী শকহেনবীনো খঙব্রা ?

নিপা ১: ইহে. অসিদি ফিল্মদ উবী মমি নত্তে, হুজিক চংচং হিংলিবী, মীতৈ পাঙল নিঙোলনি। কোলেজদা তম্বী ছাত্রীহুরা নত্রগ স্কুলদ উঝা ওইরিব্রা করিনো ?

পা ৩: মসিগি নুপীসি, ঐ লৌজখ্রগে ঐঙোন্দ পীবিরো ?

নিপা ১: লৌবিখ্রো ঐদি বেরা লৈজদে।

পা ৩: ঙহাক্তং ইতেং পাংবিয়ু, কার মথকসিদ থাঙ্গৎপ ফাঙব-দং, চিংখ্রগে ঐ। সে লুপা ৩০০ সি পায়য়ু মিনিট ৩ গি অরামন।

নিপা ১: অদুবু মিনিট ৫ কান্নদন অকন অথৌশিংন লমজাওদ রাউন্দ চৎলি। মীতৈ নুপীসু নত্তে. বা য়ায়রোইদ্রাও ?

পা ৩ঃ ভুজিক মীতৈ মীরান বেরা লৈতে, নঙন্সু কার তোং-
খং চংলু, অচৌকপদ থাদবিরমগে ? চংলু, স্নুরাইদ রা
অম হংগে হায়রু ।

নিপা ১ঃ ইবেম্মা শকইংবী আই এ-এস আফিসার অসিন, নঙন
থবককি দরখাস্ত থারুবৈ রারোল ১ ভাকপিগে লোয়
হায়রি । কার মনাকসিদ চংলকউ । থবক পীব ঙস্বনিংই ।

মুল্লীমপি ঃ ঐদি থেংখ্রে, স্কুলদ লাইরিক

পা ৩ঃ তম্বিক্লরন্নু তোলোব চাউব থবক পীনি, ফোটো অমত্ত
ঙহাক্ত নম্মু খিসি কারদ কাখৎলু । ফজখ্রেদ নঙসে । (ফানৈ)

মুল্লীম ঃ শকস্নু খঙনদন করিগি ফোটোনো ?
ঙস্মোইসে থাদোকউ, ঙাওশিন্ননু লমজাউদা, ওহ কনা
কনানো ঐবু অমুক্ত কনবিয়ো, ঐ মুল্লীম নুপীনে । মীতৈ
নিপান জাংভাগে হায়রে । পুলিস পুলিস..........

পা ৩ঃ তুমিন লৈয়ু লাওগন্নু পিস্তোলসিন নকোক্ত কস্থোরা ?
হৈ নিপা নঙস্নু কাখৎলকউ মচিন মেল্লরাও অস্নুরাইফাওবদ ।
( লাওনৈ মচীন মেল্লবস্নু লাকু-ফান মখোল, কার ষ্টার্ট
তোরগ চংখি । )

মীখর ঃ নুপী ফাখ্রে নুপী চিংখ্রে লমজাউদৈ পুলিস পুলিস !
( Scooter লাকপৈ খোন )

পুলিস ঃ কদোমদনো ? কদায়দনো ?

মীখর ঃ তু আদৈ কার শংবাম্নবদো !
(হুইশেল খোংলগা স্কুটরন তান্নখি, হুইশ হুইশ লাওন

রিভোলভর ৩/৪ রক কাপ্লখি) Noise fades out, Silence 4 Sec. fades in Snoring sound of old ইধৌ।

পিচা: ইধৌ ইধৌ হৌগংলো নুংথিন্দ কুইন তুম্ব ফত্তে হায়-হৃদি, হৈ মেৎপা লৈরেসে ?

ইধৌ: কনানো নুপী মচারা ? ইস (তিংলি য়াংলি) কয়া কুইন তুমলুরে ঐ ?

পিচা: পুং ১ রোম ফারে, চীন ভেংনব ইশিংস্থ লৈরে.

ইধৌ: ঙসি পাউবু, করি করি তায় আকাশবানীদে খবর কাগজদে ?

পিচা: পাউদি ইধৌ, ঙরাং নহাল তাখিবদু ঙাই মী শিব হি লুপ্ত্রন, নোংনুংশিংত য়ুম তেকপ, বস, ট্রেন, প্লেন, এক-সিদেন্ট তোইখ্রে। নহারোলগি পেন্দ খোল্লাওন অতিয়াদ নিনব মুংশিব খঙদন মী হাৎনব, শেল্ল মুনবা লুটপাৎ অকনবন অশোনবদ ওৎপ নৈব আইন শীংনব থবক কয়া নুংথিল পোবোপ্পা ফন ফুই দণ্ডিপী অহুবু মরোই নাকুপী কক্লগ শৌগৎলকপঙুম লমহেন থৌদৌনি হেক্ত থোরকই।

ইধৌ: উম চুম্মি: মহাসাগর মহাআকাশ: মহাদেবগি মচা লম-হেনবদু থোরক্লম তারে। চৈরাক রাংলে. ভপ্পে গনতন্ত্রগি পথাপনিন।

পিচা: শান্তি লৈত্রে লম কয়াদ. কুম্মৈ য়েংবা চংশৌ কিরে।

ইবো Superman হায়বহুবু অমোনবা নোংমৈ পাম্নবশিংহুরাও -?

ইবোঃ হা হা হা অহৃদা তায়ে। মশা মকোক অমদি থমোইগী মশুনদি চাউখৎহন্দন হোৎনদন short cut তা অরোনব নোংমৈ লৈরগা শেল তাম্নরে, শক্তি পাম্নরে Superman শারে . হা - হা - হা —।

Fades out Humorous music

ব্যবস্থাঃ নহারোল অহল্লোন তিন্নব রাব জেনেরেসন গেপকি রাখোক নৈনসভাসিদ অহল লমন অমদি নহারোল মচীন তোংবম্ হ থরমথৈ তিনবিরে। সভাসি হৌনব ইকাই খুম্নরবা অশুব খ্বাই লমগি লাকপবু সভাপতি ওইবিনব ব্যবস্থা শর্ম্মা ঐন প্রস্তাব তৌজরি। লোইন লোইনন শ্রীমতি খ্বাই লম লাকপীবু প্রধান অতিথি ওইবিনব থাঙ্গৎচরি।

মাইচৌঃ খ্বাই লমগি মাইচৌ ওইজরিবা আচার্য্য অচৌ মীতৈ ঐন রাফম অনীমকপু শোগৎচরে। লাকপা লাকপী অনীমকপু তাংবন্দ লেংথৎপিরক্কব নিংশিংজরি। (মম্নাম থুবাক)

লাকপ ঃ খ্বাইলমলেনগি অহল লমন ব্রাহ্মন বৈষ্ণব, অমদি নুংশিরব ইচাশা! নহারোল ইচাশা ইশুশা নহারোলন অহল্লোনবু উশিংতন পারোন পুরোন্দে চৎনরক্কব লীচৎ শাজৎ মীতৈ মনাৎ ধর্ম্ম কর্ম্ম, নিতী নিয়ম মম্নাম থুগাইরকইবসি অহল্লোন্ন রারকপ রাৎপননি। নহারোলবু চৈরাক অকনবন

ব্বারকসিরা নত্রগ মনাংক লোইনন মীতৈ ঐখোয় মুংলসি-
রা ? ম্সিনি ব্বাহং হায়ববু। শর্ম্মাজী ?

ব্যবস্থা: লাকপা ইঙো, অঙকপ মতম হায়বতু ওইরে। করম্ব লাইমুন নহারোলদ তোংলিবনো খঙদে। ফিজেৎ-চাকচা শাজৎ-লীচৎ মীগী মীতো তম্ব-হৈরগ লোইরে শ্রম্ৎখ্রে ঐ-খোয়গি ইনাং। লোনচৎ ইকাইনরে, অহল লমন উশিন্রগ লেন্নরে। য়েক শলাই, চীং ভম মীরান পাঙল, চারো মৌ-রৌনবগী বেরা লৈত্রে খন্নরে। অহুনদি মীতৈ কয়া কুইন লৈখিগদগে। মীতৈ মুংতৌশরুক লমহেনবা নহারোলবু মত্তিক চান ব্বারকপ ভায়, য়াত্রগ তাম্হোকখিব মীরান লৈ-বাক্ত। (খুবাক খুই)

মাইচৌ: লাকপ ইঙো! মীতৈ মুংতৌশরুক লমহেনব নহা খর খোঙ্গোইনব, লীচৈন কাংজৈবুংদ পুখোক ব্বারকপ মহুনস্থ য়াত্রগ লৈবাকসিদৈ তাম্হোকখিব। খুনাইগি ব্বায়েন কাটি ময়া তারে মীতৈ মুংলনি হায়নরে। মহু য়াগুমসি ইচাশা ইশুশা ইচিন্নাওশা। (খুবাক খর)

লাকপী: সভাপতি লাকপা ইঙো। মীতৈ মুংপ য়াদে। মমা ওইরিবা ঐখোয়না ব্বারকপ ভায়। লমহেনবশিংবু অকনব চৈব্বাক পীব ভায়। কেখোকহনবদৈ নহানখৈ মাংবনে। নহা-মচা নঙ করি হায়নীংবা ?

নহা: মিস্টর স্পীকর, স্যর! নহারোলগী মীহুৎ অম ওইন ত্রৈন

হায়জনীংবদি চৈরাক পংকন কনবিন্নু। হয়েং নুংশিরব নচা নগুহবু কাংজৈবুংদ লীচৈন কনবদ, কৈগুমশঙ্গদ রান খাংবদ নল্রগ লৈবাক সিদৈ তাম্হোকখিবদ থরাই চাকপিনি য়েংবা ঙম্বিরোই। মরম অদুনা compromise তৌবিয়ু কেনৌ রায়েন্দ নহারোলবুস্সু ঙাওব থর হন্থহনবিব অহল্লোনস্সু থর হন্থন শাওবিব রাথোক অচোব ওইহনবিদব অাসদনি।

(খুবাক, য়াম খুই)

লাকপা : লাংখিনু নহারোল। অহল্লোন্ন চৈরাক শোনবদৈ নহারোল ঙাওব হেঙ্গংলকপ নল্রাও? নীংখা তম্বু মীগী ফিজেং চাকচা মতৌ তমব্রাও লায়র তাম্নব, মৈখু, জরদা, গঞ্জা, কানী, য়ু, ফোর, চাববু কেনৌ রায়েন য়াগদ্রাও? যম লৈবাক পরপ পরপ য়োরগে লাকুবশিংবু নৌন কে-ন থেম্ব য়াদ্রাও? লৌনব ফত্তব পিপা ময়ুম পাল্লগ পুন্সি নুংঙাইগদ্রাও? কাম্নরোই অকনব চৈরাক পীব তায় ঐগাখোয় মাইচৌ লালুপচিংবখোয়না চয়োলসি মনুংদ রারক পথাপ ১ তা শেম্বীয়ু।

মীয়াম : মত্থন ফরে (খুবাক খুই)

নহারোল থরন ঙাও ঙ্যাও হুইশেল খোংই লাংই (fade out noise)

লাকপী : চৈ পামব্রাও অঙাংশা!

চৈরাক : লাংগনু য়েয়ুহৈ লমহেল্লি। (ফুবখোল)

( Instrumantal mustc fades out )

নহারোল Procession মীনিন তাই শিরোই নুরজেহান দোলাইদ পু কোইজং কীর্ত্তন শকুই।

পা ১ : দোলাইদ পুরো বৈষ্ণবী ২ নুরজেহান অমদি শিরোই লিলীবু। পাখণ্ড ৪ চোংথোকউ। চংলু কোইজং চংসি ইশৈ শক।

পা ২ : (লাওই) য়াইফরে হুজিক!

মীয়াম : নানৌথান —।

পা ২ : শিব কিদব থৌনান

মীয়া : য়াইফরে —।

ঈশৈ (পুন্না শকপ)

হোটেল হোটেলদ চাক্কারম্বী,
চীংয়া তময়াদ পিকনিক পাম্বী,
সিনেমা থিয়েটর থরাই তাবী,
য়াইফরে হুজিক নানৌথান,
অফাওবীনা নীংজব থুং!
নপাম্বোম তিংলো অথোবশা
লমজাও খুল্লক্ত নথাফন
ফুরিং খাওনুংদ থৌনা য়েপ
য়ৈখায় লৈতন পাঙ্জরো—,
চানীং থক্লীং থুংজরো — ।

য়াইফরে হুজিক নানৌথাব,
শিব কিদবন জয় ওইরে !
থৈদোকউ হন্দোকউ মীমনশা,
নহারোল লম্বীদ থৎচন্নু !
নখুৎকী চৈশু তেকচনি,
নখনাও তানি লাওজন্নু
য়াইফরে হুজিক বসন্তন,
অরি অনৌ শিন্নবনি !

চৈরাক : হেল্লো নহারোলশা ! মতাইদ চৎপিয়ো পরেংশা ময়াইদ গাড়ী লম্বী খাকপিয়ু ( হুইশেল খোংই )

শাজৈ : লমহেনব য়াওবিনো। শান্তি অহিংসা !

( Fades out crowd noise ete. Silence 4 Seconds, Fades in Sitar Flute and Tabla concert in speed. )

Silence 3 Seconds, fades in

খুন্নাই রায়েলশঙদ মীয়ামগি মীনিল !

চৈরাক : লাংবিনো লাংবিনো লৈবাক মচা শা !

শাজৈ : তুমিন তুমিন ফম্বীয়ো, থৈদেন নত্তেয়ে থাং ভেন মুংহুম নাওরি শঙ মন্নুংদ পুশিনব য়াদে। লাংগন্নু অঙাংশা।

( চৈন কাক কাক কিহন্নব )

লাকপা : লাংবিরন্নু খাইলম মচাশা। হুজিক খুন্নাই মীতৈ রায়েল কাটি শাবিরিব সর্ব্বশ্রী খাই লাকপা ১, ব্যবস্থাকারী-

শৰ্ম্মা ২ আচাৰ্য্য অচৌ মীতৈ ৩, নোংমৈকাপম লালুপ-
চিংব ৪ শ্ৰীমতী থ্বাইলাকপী ৫ মণ্ডিক চাৰ রায়েল তাংবন্দ
লেংশিনখ্ৰে। চৈরাক ! নখোয় মরীহ্ন কৌথংলু

চৈরাক : হন্দক্তু ইকুই কুইদন চেল্লুই চিংউই হায়নব থৌব অমদি
নূরজেহান, অতোপ্প তুমা অমন তখেলথাং অমদি শিরোই
লিলী নখোয় রায়েল ফম্বাকসিদ কাথংলকউ।

Record steps & claps

লাকপা : ফম্মু ফম্মু নখোয় মরী রা খর হংগে অশেংবদ খুম্মু,
রাশক্তুম্মু য়াই, অরানব খুম্মপ নখোয়গি মাংজনি খঙু।
হৈ, মীতৈ নিপা ২ নমিং তাকউ।

থৌব : শোইবম থৌব কৌজৈ।

তখেল : ঐন অরাম্বম তখেলথাঙ কৌজৈ।

লাকপা : নশান য়াদব জাং তিন্নদব মুস্লীম নুপী নঙন লমজাউ-
দগি চিংউরিব করিগিনো থৌব ?

থৌব : ফজমন্নগ্রহ্না পাম্বদে। ( খুবাক থুই )

তখেল : ঐস্মুনি পাবুং, ফৈ ফক্তে জাং ভিন্নৈ তিন্নদে থম্বরুব
নঙদে, থরাইন লাইবক য়েং লাকউবনি, য়োল্লব কান্দ ঙাক-
পিয়ু পাবুং।

লাকপী : নুপীমচা অনী, নমিং অশেংব তাকউ মথং মথং

নুর : মুস্লীম নিঙোলনি, ইমিংন নুরজেহান কৌই ঐদি।

শি : ঐন চীং নিঙোলনি, ইমিংন শিরোঈ লিলী।

লাকপী : নখোয়নীবু নশান য়াদন কারুব্রা চিংলুব্রা ?

মুর : লমজাউদ শক খঙনবনি. অহানবদ ঈশান য়ানীংলমদে মুম খঙনদবন। ছুজিক্তি ঐন হেন্ন নচানিপাসিবু পামজরে অবোক। ( খুবাক মীয়ান্ন )

শি : অহানবদা ঐন কো, মীতৈ ইবুং ভখেলথাঙ অসিবু য়ান্ন নুংশিজখি, মান ঐবু কয়া পান্মীদব্রা খন শাওনিংলবনি-কো। ছুজিক্তি ইমানি চপ মান্নন নুংশিনজরে।

লাকপী : য়ারোই নুংশিনব। নখোয় জাং অমত্ত তিন্নদে খুন্নাই মায় চোপ্তনব খায়দোক্লব তায়, লম হেঙনু। নোংমদ মীংন কুপ্পদ নুংশিনখিবদি কো, নোংমদ মীংন কুপ্পদ খায়-নবস্নু অহুম য়ানি, খায়নৌ।

লাকপা : শাওনু ইচাশা নখোয় লোৈন লৈনব য়াদে। অহল লমন্ন য়ানরোইদব ব্রানি। ইপা ইপু হাক্তজগি চংনরক্লব খুন্নাই লোনচং খুগায়ব য়াদে। নখোয় ঐখোয় কয়া পোকই, শি, খুন্নাইদি শিহনফদে। করি হায়গে শর্ম্মা ?

শর্ম্ম : মানি লাকপা ইঙো, খায়নব ফৈকো নহামচাশা নশা নশাইদ য়েংগনু মীয়ামগি য়েংউ। নুংশিনব হৈরবদি খায়-নবস্নু হৈব ভান্ন। খায়নবদি লান্নবনে।

মাইচৌ : লৈবাক্লিদমক থব্রাই ঙাওব থাদোকপ ঙস্ব নহা ন খোন্নন, নুংশব অম থাদোক অম হোংউ হায়ববু হরাওভম থোক্লাও ? খুন্নাইগিস্নু কান্নহোব ?

লালুপ : নহাশা নিংখিন হায়রিবৈ য়াজহৌ, পিথ্রাই তেঙ্গোংত হান্নগ ঈশিং থকপস্নু নংতেঙ্গোংত হান্নগ থকপস্নু মহাও

মায়বনি। লালুপচিংব ঐদি চৈরাক কল্লিহৈ। নোংচুপ পাঙল লমদ লমহেনব পি-পাবু মীমাংদ পুথোক লীচৈন কন রারক্লে। নখোয় অমুক্ত তাম্নৌ, থীন তৌনীংদে ঐখোয়স্থু নহা ওইরকই। রা তাম্নৌ, অতুগ রারেপ্তু লাংথোকউ।

পা ১/৩ঃ ননাই ঐখোয় রারেপ্তু ইশৈদ ফোংদোকচরগে ?

লাকপাঃ হো য়াই. ইশৈ ওইন কপ্তু ন নত্রগ নোক্লুন ফজন ফোংদোকউ। লাংলনো অঙাংশা খায়ন ইশৈ তাশে ? (মরীন পুন্ন শকমিন্নৈ)

চাঁঙ-তম, মীতৈ মীরান
হিন্দু মুস্লীম, মী ঙাক্লনি মী !
মীগ মীগ য়াম্নর লোইরে.
নঙগ ঐগ নুংশিনর লোইরে.

Repeat by the two couples separately
then by all.

ইখোংদ থাংজোন য়ানগে য়াঙ্গৌ.
ঈঙক্ত হোরাইন লেনগে লেঙ্গৌ।
নঙ্গ ঐগদ অমত্ত ওইসি, (চুপ খোল)
রায়েন কাটিপি মথৌ তাদে।

Repeat by each pair & then by both.
Record claps whistles from audience.

চৈরাকঃ লাংগনো, লাংগনো। নিংথিন হায়রিভৈ তুমিন তুমিন লৈয়ো।

শাজৈ : হায়ব ইন্নসে, চৈ য়াওদন।

**Silence 3 Seconds**

লাকপা : মঙামক মোত তিন্নরে ৱারেপ লাওথোক্লগে ত়ারো। চৈরাক শাজৈ মখোয় মরিসি মথুং পুল্লগ পুখ্রো, কৈশুম শঙদ থম্মু ঙসি অহিং। হয়েং কাংজৈবুংদ কারক্লব, মবুক ওল্ল য়াদ্রবদি।

মীয়াম : ফাব য়াদে পুনব য়াদে। খুন্নাই পঞ্চ মরা লোঁদে।

চৈ়রাক : লাংবিনু তুমিন তুমিন লৈবিয়ু (কোক কাক ৱাকোক মখোল ৱৈন শুনবা নিনব লাক্লব চেনব) **Fades out crowd noise ............tear gas shell fire ....... knocking at the door.**

নিপা : কনানো ? করিগি ওইরবনো ?

পা ১/৩ : ডোক্তর সাহেব ঐখোয়নি থোঙ অমুক্ত হাংবিয়ু। ৱা অমত্ত

নিপা : ঐগোয় হায়বদি ? মতম্ম ফব্রবনিন য়াম্ম কিনরে, অহিংসি ফন থেংলরিনি।

পা : ২ ঐখোয় দেশ সেবক ডাক্তনি করিমত চিংনবিনু নোংয়াইবু য়োৌরমখিরোই অরুব অনাব অম য়াওরহুন লাক্লবনি (থোঙ হাংব মখোল গে)

নিপা : ঐবু হকচাং ঙমদহুনা ছুটি লোৌরগা লৈজরি অনাবসু য়াওবিরকপ্রা ? কনা কনা ওইবিরনো ?

পা ৩ : ঐখোয়নি করিমতা কিবিনু একসিদেন্ট খর থীন শোকপ

য়াওরে, সিদদি পূজরক্তে ভহাক্ত লেংউসি গাড়ী য়াওজরি অমুক থিজরক্তে।

নিপা: হাসপিটালদা পুথংপিব য়াত্রাও? খুংলাই স্থন কংনিদো আদদি?

পা: ৩ হাসপিটাল য়োবদি ফাখিব য়ারিব অওকপ মীশক্তি নভবনিন।

নিপা: ঐখোয় ডোক্তরশিংদস্থ মশক খঙদব লমহেনবশিংবু লেম লাইয়েংনু হায়ব এদভাইস লৈবন

পা ২: লৈবাক্কী ফনব তৌব অথৌববু হূরানব চিংত্রা? আন্দোলন কয়াদ অরাফম তাকুব নিপা কয়া মফম চাউখ্রে? শহীদ ওইখ্রে। ডোক্তরন মীশক মীমায় য়েংলগ লাইয়েংব ধর্মরাও?

পা ৩: শেল পাম্মে শেল পীজগে মশক মুন্ন খঙবিদবগি অদুগ অস্থস্থ গুলীসি পাস্থিরগ কদায়রাইদ কোক্রা থবাক্রা পীজ-রমগে?

নিপা: ইঃ চংচরগে মিনিট ১ তা ভাইবিখো. হিদাক খুংলাই বেগ পুজরকখিগে।

পা ২: খোঙদা পানখিব মক্ত লোৌথোক্লবা, Record steps Jeep start তৌরগ চংখিব মখোল।

Instrumental music fades out.

পা ১: ভাইখো রা হংগে খুড়া মাম?

মীচম: কুরিনো ইঙো ভাকপিয়ু খুড়াদ?

পা ১: ইঞ্জিনিয়ার লৈহৌব্রাও? নঙবু ঠিকাদাররা?

মীচম : লৈহৌই, ঐদি ঠিকা মচা মচা তৌজবজাংনি
পা ১ : শেল কয়াম য়াওরি ফুম্লিংখাওদা বেগতা ?
মী : লুপা ৩০/৪০ দং য়াওজরি। ভো য়েংবিয়ু
পা ১ : মহ্ন কান্নদে থমজিঙ্গৌ লাও ইঞ্জিনিয়ারদৈ শেল লৌরুসি ?
মী : ই : কয়ম্না ইবুংঙো ?
পা ১ : ঐ তৌগে কোন্থোংদ ঙায়রমগে ইঞ্জিনিয়ার ঙহাক্ত স্থরাইদ থোরকউ হায়রু। ( Record steps)
মী : তাবিব্রিরা ? ৱারৌবিদি য়াদে ঐখোয় ইঞ্জিনিয়ার সাহেপ্প কোন্থোংদ ঙহাক্তুং উন্নজনীংব অথৌব অমন ঙায়হৌই।
ইঞ্জিনিয়ার : চংলকপ য়াদে হায়রাও ? মশক খঙদ্রা কনানোনে ?
মী : মশক্তি খঙজদে মথৌনাদি খঙজৈ। ( লোম্ন ) সাহেবতগী শেল লৌরুসি হায়ত্নন ঐবু কাত্নন পুশিল্লকইবনি। শেল কয়াম ভোনবিরুবগে ?
ইঞ্জি : কনানো মশক্ত য়েংগে কোন্থোংদ লৈহৌব ( Record steps ) কনানো ইবুংঙোরা ঐবু উন্ননীংবসে ?
পা : ১ মানি হোয় ম্বা অমত্তং হায়জনীং .. .... ।
ইঞ্জি : হায়য়ু করিনো ?
পা ১ : চানীংঙাই থক্লীংঙাই ৱাংলে অনাব লাইয়েংনব হিদাক লাংথক, খুংলাই লৈনবা শেলস্থ নীংখাতপ্ন পাম্ন নহারোলগি
ইঞ্জি : করম্নো ইখুংঙদি শেল ইরৈ লৈতে। লুপা কয়ামুক্তি মথৌ তাবগে ?

পা ১ঃ মথৌ তারিরুদি লিশীং ৪০ রোম্রনি, অহবু ২০ দি চয়োলসি মনুংদ করিগুম্ব পাম্লেন ?

ইঙ্গি ঃ ইস ! অতুক য়াম্বদি কমদৌনি ?

পা ১ ঃ ঐগ লাকমিন্নরিব খুড়াসিগি মিংদ ঠিকা অম পীবিরব, এদভান্স ওইন বিল শারগ লুপা লিশীং ২০ গি চেক অম ইস্থ্য তৌবিবা। চয়োল অসিগি মনুংদ শোইবিবা য়াদে ? করি হায়বগে ?

ইঙ্গি ঃ ঐ য়েংজরমগে, চয়োল অমৈ মতুংদ লাকপিয়ু

পা ঃ ঐ চংচরে, খুড়া অম্বুরাইদ চায়রমগে কুইরকনো

মী ঃ কনি ইবুংঙো। ( Record steps )

ইঙ্গি ঃ কয়া লুখ্রবা মতম্নো খুড়া ?

মী ঃ করম্নো সাহেব, হুজিক্ত লম্বীদ উমব অথৌবনে

ইঙ্গি ঃ করম্নো মীচম্ম হিংদোবসে ? অমন পীদব য়াদে, অমরোমদ করিগি পীরুরি ?

মী ঃ অথৌব কাংবুনস্থ য়াম্বিবা ?

( Sad musical Note Fades out )

চৈরাক ঃ লাংবিরনো, পুক্নিংচংন তাবিরো, খাইলম লাকপীনা তাকপিগদৌরিবসি ;

লাকপী ঃ খাই লম লাকপা অমদি ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব মাইচৌ মীতৈ, লালুপচিংব, অহল-লমন নহারোল্ তিন্নবিরে। লমহেন রারক চৈরাক কাটিন শেম্বিখিব রায়েল পথাপ্ত লোইরিবদি মীয়ামদ খঙহন য়ানরে হায়ব রারেপ অম তাহৌব চুম্বিম্রা ?

লাকপা : মহ্ চুম্মি লাকপী, ঐখোয়না খমরগ ফরে য়ানরে হায়-
হন লাওখোকপৈ মখৌ তায় । ঐখোয় ঐগ্যা ব্যাবস্থা শর্ম্মা
অমদি অচৌ মীতৈ মাইচৌন লমহেন বারকচেহ্ লেংব
লোইবিরব নত্রা ?

শর্ম্ম : লোইজরে লাকপা । লমজাওদ ঙাওবকৈব, অতৈদ খোঙগুপ
খোঙ্গ্রাও সগোল্তোং থৌজিল্লকপগুম্ব জরিমানা লুপা ১০০
অমস্তুং কৈগুম শঙদ থা ১ । য়েক খোক্লব, মরী মতা নকুব,
জাং তিমদব লৌন-লৈনব য়াদে । লম হেনবশিংবু থা ৬
ঙগি চহি ১ ফাওব কৈগুম শঙদ, জরিমানা লুপা ৫০০
দগি লিশিং ১ ফাওব, করি হায়গে মাইচৌ ?

মাইচো : মতম্ম কল্লবনিন শর্ম্মজী চৈরাক্ হম্হনব য়াত্রে।
সমাজদে ভাম্বোকপ জাং ভাহনব হায়বহ্স্থ হাকমল্লি হায়-
হন য়াওহত্রে ।

লাকপা : খ্বাই লাকপা ওইরিব ঐদি য়ানীংলে, চৈরাক অহ্নী
মতীক কল্লগ অহ্ক্কি মতিক বাখোক হম্হনি খঙ্লে । কপ-
কনবী মুপীগি মমা শকপী লাকপী নঙন করি হায়নীংব
হায়হৌ ।

লাকপী : মুপী মীহুং ঐবু হায়জৌ হায়রবদি চৈরাক কল্লবদগ
বাখোক হম্হনি, কাংজৈবুংদ, পুখোক ওক্তব ওক্তবীবু বা-
রকই করি লমদনো হায়নবহ্ ফাওব পামজৈ । নত্তে মতমসি
নহারোল নোংচুপলোমগি মতৌনিবু হায়রবদি অমোংপস্থ
হৌ হৌ হেক্ত জম্নব । (খুবাক)

লাকপা : অহুদি শশ্ন খোম্ন মাইচৌখোয়ন শেম্বিব চৈরাক প-থাপ্তু লমহেন বায়েন কাটি কৌহুন ঙসিদৈ চংনরম্নিক্লো ? ময়াম ম্যানম্নেক্লো ?

ময়াম : ম্যাজম্নে ম্যাজম্নে ! ( খুবাক খুই )

লাকপা : লালুপ চিংবদ কাংবু খরন ব্বারং খর থাঙ্গংলকই হায়বহু তারসিদন ?

ময়াম : তারসে - তারসে ?

লালু : থ্বাই লাকপা ইঙো ! তাবিযু ময়ামন্থ নহারোল ৫/১০ দং তিল্লুগ কাংলুপ অমু শেম্নে মিংথোলে ১ খোম্নে, ম্যাজং খর শেম্নে অতুগ অরাম খোরোংব অপাম্ব পোং চৈ পীদব ম্যাদে লাওরে, পীদ্রগ নিঙাই তৌনি, লৈবাক্কি পোং চৈ খুগাইনি, মৈ থানি সি ঙইরে।

লাকপী : ঙকগ্রব মতুম ওইরে পেন্দবশিংগি। কিভম্সিদ করম্ব অঙম অথৌন লৈবাক পুব ঙমগদগে ? পেন্দবৈ, পেন্দব ঙাক্ক, পীজ পীজবুগ লাম্ব হেঙ্গংপ।

লালু : খরন লাওবি লাকপা ইঙো, ঙ্কিল তুরেল তোর্বানথৈ পাঙল ত্যাব লম কে তোঙান তাংজরগে, খর ম্মনম্যুম্কাল তুরেল তোর্বান মাইল ২০ না কনব মথে মীতৈস্থান ওইজর-গে, অতৈ চংহন্নবিম্ন অসিনছিংব। খমদোং মখৈলু এখোম্ন ওইজরগে অতৈ লৈর যাদে হায়রি।

লাকপা : কাম্নরোই মুবা লোদে, মপ্রুম কায়ব ম্যারোই হায়-রিখো।

শাজৈ : লম হেনগনো হায়নব ভাসে। ঙাওগনো ? মরম চাব বা ঙাংনশে তানসে ?

চৈ : বায়েন কাটি লোইশঙদ, নখোয় লোইনমক চংব চক্লরোই, লাংদন থর মথৈদ চংও।

শা : খুংলাই থম্বিরম্মু লাংবিগনু। মুংহুম নাওরী অমত্ত, শঙ মনুংদ পুশিনব য়াদে।

(বা বা চংই কমকমগি নিন্নি)

লাকপী : মুংশিরব ইচাশা ল্যাংগনু। নখোয়গি পি-পা শক্লব অহল লমন ঙাক্লি, নখোয়বু বারকইব ঐখোয়সে। নখোয়ন পিক্লিজৈ, পীজ পীথকু পো-পম য়োক্লক থাক্লকপ ঐখোয়বু চাউরগ কাউথোকপ উশিং থওইদব 'নভিক চাদেকো। খ্বাই লাকপন তাকপিদোরিব মীয়ামগি কন বাশিংসি নবুক্লিং চংন তাওকো।

লাকপ : ইচাশা ইগুশা ! মীয়াম পুম লৈমিন্নরগ মরম চাদব বা : তোঙাম চাজরগে তোথায় ভানীংলে হায়গুন ভাম্নকনু পীব ঙম্মোইকো। থুনাই লোনচং কায়দনব মীতৈ মুস্লীম লোন লৈনব, চীংমীভম্মী চারো মোরোমবা য়েক সলাই থিদব নক্লবা ঈ মরীশ্নু লোনবা তৌহেদে। নখোয়গিম্নু মীয়ামগিম্নু কায়নব বানি। হন্দক্ত লোন লৈনখিব চীং-তম মীতৈ মুস্লীম কাঙবু অনীহু কৈগুম ;শঙদৈ চেনগ্রগ মেজিস্ট্রেটকি মমাংদ য়ানজরে হায়জ সিভিল মেরিয়েজগি রেজিস্টর ভোক্লবহু কায়রোই ঐখোয় থুম্নায়ন য়াদে।

মরম অতুন মখোয় মরীহ্ তোঙান তোঙান থা অম রাখল ইংল তৌজনবা কৈশুমশঙদ থমখিনি। থাহ্ লাল্লফাও খায়দোক্লব য়াদ্রবদি চহি চুপ্প থমগনি। মতুনস্থ য়াদ্রগ খ্বাই লমসিদৈ মখোয়বু তাম্বোকখিনি।

( নোংমৈ থেং থেং ২/৩ লক কাপ্প মখোল, আ: উঃ লাওব ফাও ফাও লাওব নিন খোংব চেন্নব লাংব অতুদৈ সাইরেন খোংব তায়। )

লাকপি: অ্যঃ অ: মমা মপা শকপ ঐখোয়দ নোংমৈন কাপ্প ভম্বকো! নহারোলশা তৌবিমল খঙদব নখোয় শাগ মান্নরে আ: আ:

Instrumental music Pathetic fades out, Silence, 4 seconds

ইধৌ: হা? কৈদোরে হায়ব নুপীচা বায়েন কাটি লোইশংদা? স্নুরাইদ লাঙও

নুপীচা: ( নুংশামপি হোন ) য়েংওই. অতুবুরাও ইধৌ খ্বাইলম লাকপা লাকপী অনীমক্তু নহারোল অঙাওব থরন নোংমৈন কাপ্লম্মে থীন শোক্লে হায়নৈ। হাসপটালদ পুখংখ্রে, নহা থরন ফারে, অতৈদি চেনখ্রে হায়য়ে, করম্মো ইধৌ ছজিক-কালসিবো?

ইধৌ: কা হেন্ন নীংখা ভম্ব পায় লমহেন্নক্লবদি মখোয়বু থীন বারকপ ভম্ব লাম্মী চৈরাক, হিটলরগুম্ব মিলিটারী দিক্টেটর

গুম্ব থোরকও হায়রিবনী। ৎষ্টেকপানিদা ভুরেল অঙ্গৎবৈ তোর্ব্বান ওইরুবশা।

( Repeat a part of the opening song )

The End,

---

## দ্রগকি মঙ

( মতাং অনী )

মীকোক:— লায়রব পাথং ( A )
মমা লায়রবী, নুপীমচা
মপা ইনাকখুনব, পাথং ৪,
(B) নিংথৌ শাব, (C) মরুপ শাব
(D) মীনাই শাব, অথৌব শাব,
ডোক্তর শেল, মহাদেব শাব
পার্ব্বতী শাবী,
ডোক্তর অশিরাই, পুলিস ইন্সেপ্টর
কনস্টেবল.................

মতাং ১ (মক্ষম):

A অয়ুক, মীতৈ মাঙ্গোল্দা
B নুমিদাংবাই, লৌবুক্তা
C নুংদাং. নিংথৌশা য়ুম্মন
মতাং ২ (মক্ষম):
নুংদাং, নিংথৌশা য়ুম্মন

## দ্রগকি মঙ

মতাং — ১

(A)

মীতৈ মাঙ্গোল অমনবদ, অয়ুক নিংথমথা, নাকন্দ কম কম্বোল শেগাইব ইন পাখঙ নিপামচা খোঙ্গাও জিন শেং, ফুরিং শেগাইব জরসী লিং নুংশা য়াইরি।

কেরবী, নাম শেং লিং ইনবী নুপীমচান টেবিল মচাদ হুইস্কি bottle, গ্লাস, কানী মতুম অশেম্ব রাকতং, অথুম অহাও, গঞ্জা ময়োম, কক্ চাঙ্ক, হেরোইন পেকেট, সিরিঞ্জ, ... হাপ-তুন থেম্রে। মপান পুথোরক-পী, মচানুপীসু শেম শাই—।

থর হম্দোক চৌকি ১ থারি।

কমেন লোমদ ঘোড়া ১ থারগ কৈজোম শেংপ কোট, শাল,

খুদোপ নুপীমচা মপা – ফম্মি, মনাক্ত স্টু কেশ ১ য়াওরকই, লিক্লী, opium কাম্মু মনুংদ য়াওবে মতৌ !

মরক মরক্ত মমাক্ত মকুবোক্ত মমিংন য়েংবৈ ৱাদি গাংনদন।

মনীংদৈ ( Off Stage ) ইশৈ :

নেশা থাদোক নুপী থমখিগে,
নুপী খায়নর নেশা চাহৌগে।
অপাম্ব অম খল্লো নিপা—,
অনী লোনবদি ঙসিদৈ য়াররোই।

মৈখু থক্কে, বিড়ি সিগার গঞ্জা কানী –
মহী ফানগে রম হুইস্কি, শেকমাই মাস্তক
কেফিন কোকেন ড্রগ হেরোইন, শীরশিদ শঙ
অপাম্বদ খনবীয়ু থমোই পেন্ন খয়ুং য়ৌ ।

নেশা থাদোক নুপী থমখিগে,
নুপী খায়নর নেশা চাহৌগে –।
অপাম্ব অম খল্লো · নিপা—
অনী লোনবদি ঙসিদৈ বন –!

অহুডে হায়খিদায়—: নঙদন ঐগি
নাক্ত কুনবিন্নবদি –
লৈভব লায়রব ভাইবং পোংলুম—
পোবদ লুম্বিরোই ।
চাবিরমখৈ হাঙগনি অফংবদ শেংকনি,
পেন্দব কৌবদ লৈজরোই ।

ছজিক্তি নেশান নঙগি থম্বাই—
খায়নয়ো কান্নব মুপী—।
নেশা কাঁদোক মুপী থমথিগে
মুপী খায়ন নেশা চাহৌগে—।
অপাম্ব অম থজো নিপা—
অনী লোনবদি ঙসিদৈ যন—।

ইনাকখু: মুপীচা নজন্নু কালহুদ ফম্মো। নিপাচা নঙ হৌগংলু,— রা হায়গে মুম্ব ভাও—: টেবিলদ লৈরিব নেশা নঙন পেম্ব থক চানব থা অমগি অম্বুম্ব—১২ চহি অমগি ঐন ছুন্নি- সপ্লাই তৌনি। মচুই মছুত্তা নঙ নুপী পামজ্রবসে, মথন্দ পোকপীনি মশকম্ব থম্ব রাংপী ঐ পুজশ্রগে. নঙ্গ খায়ন- য়ো অমদ থাজকুরগে? কম্বগন পাম্মি? থজ্ঞো।

নিপাচা: অনীমক পামজে ইকুবোক।

মুপী: মাদে, অমত্ত থন্দোবনি।

নিপা: অমুক্ত লাংথিনু থাদোই। ইকুবোক নমাক্ত নেশা চাজ- রিব থকচরিবসি নমোম লাংলেন থাদোই মাবু লাইথোক- চবগি রাফম নচ্চদে।

মুপী: ঐবু ছুন্দোক ছুন্দোক চংখি, খোংবান্দ লক্কাংদ ভাক্তরিবু, ঐবু লুন তৌবিরিত্রা?

মুপা: অমুক্ত তাখো থোইবী।

নুপী : ঐবু য়াম্ন লুন তৌবিবকা মান্দ্রা পাবুং ? হৌদোং ত্-মিন লৈবন চফু ঙস্বনে ! কনাগি শনরীক, সনা খুদোপ, ফিগে ফনেক, ইঞ্জিনিয়ার ইম্নফি, মুগা ফুরিং মৈখু ওলহন যোংশ্রবনে ।

ইনাক : নঙ ঙাইখো ইমাক্কি রা তাখিগে ।

নুপা : নজাইবেম্মন মাংহনখ্রে হায়রিব মমল য়াম্ব পোংশিংদো অরেম্বদ মাংখিব অমত্তু নত্তে ইকু ইবুংঙো। কৈলাস পত্তি মহাদেব ইবুংঙো মাগি পুজাদ চংখিবনি ।

পী : গঙ্গা মনা অহোংবত্নদ থংবদি খরস্তু খাংননি, কনাগি ফোর ফাইভ সিক্স সেভেন ফাওব—

নুপা : চয়োল ৩৬ শুজরগ্রে নোংমাইজিং খুদিংগি, প্রলয় ঙস্ব শঙ্করদেববু পূজা কংচরকইব। চয়োল ৪ দা ঙায়রে নিফু শুদোব. মসি ফাওবদদি নেশাগ থাদোইগ অনী লোঞ্জখি-গে। অনীমক থম্বিরম্মো নমাক্ত। (খুরুম্মি মকুবোক্ত)

পী : হিংচাবীন শন্নী শোনব, নেশা চাবন রাশকপ, জুরারিন ঙাংব রা তেনরাগি মরোল ঙাক্তনি

ইনাক : করিগিনো নঙ নহান মহাদেব উননীংলিদি ? বৈষ্ণব-শিংন শ্রীমতীগি মতেংন ব্রজরাজ ফংনব লাক্লে। শ্রীমতী শাবিনব নুপীমচাস্তু লৈরে। নঙন অত্নক লাপ্ন লৈব কৈ-লাসপতি নিঙলুরিবা ?

নুপা : তাইবংপানগি রাথোক ময়াম কাউথোক কেকুলোংপি

লাইনীংহু অশোনব হনুব হনুবীগিনি। নহা মতিক মরল মীচং লৈজদব ঐথোয়ন থরাই চাকপসি অচুম্ববু নমহং অরানববু নুংঙাইহনব মসিন মশাওনীংলে। মরম অহুন মহাদেব অমুক্তং উন্নজরগ অরানবন মুাঙাইব হিংচাবশিংবু হাংনব খুংলাই অমত্ত নিজগে তৌবনি।

ইনাক: খণ্ডদেনে, সংহার ভস্ম মহাদেবগি ত্রিশূলহুবু রাইব য়াঁরমগদ্রা!

নিপা: চয়োল ৪ দদি ঙাইবিরো ইকুইবুঙো, পেন্দব য়াম্মনগ্রহুন অহংববু কু প্লব মায়াজালসি শেগাইদব য়াদ্রবননি।

ইনাক: ফরে অহুদ শিবভক্ত চয়োল মরী ঙায়রগে অনীমক লৌজহৌরো। (নুপা থুরুম্মি)

নুপী: পাবুং ঐদি লৈহৌখিদ্রাও?

ইনাক: লৈহৌখো চয়োল মরী, ডক্তসিদ অঙস্ব নত্তেং পী।

নুপী (মনাক চং): ঙাইবুদি ঙাইরগে কয়াদি ওইনমদে। চয়োল মরী মতুংদি হল্লক্লনি ঐ, খর মীরোলতাব অম য়েংবিরম্মো?

ইনা: য়ুমহোং তোইবসি নঙ ইকাইজদ্রাও? (লোম্ন)

নুপী: পাবুংগি য়াথং ঙাকপনি হায়রগ কোক্রে।

(নুপাচান হৌগৎ ভুইস্কিদৈ হৈরগ খর থকই)

নুপী: হৌরব্রা মহাদেবদ কৎপ?

নুপী: নপানচা করি অরোনব ঙাংনৈ?

পী: করিস্নু ফত্তবা রা নত্তে, চয়োল মরীগি তুংদ হল্লক্লনি, নঙ্গোন্দগি হেন্ন ফব অম থিবিরম্মু হায়খিবনে।

মুপা: চয়োল মরী মতুংদ ঐদি Hero ওইরনি।

পী: অহুদি Heroin লৌব য়ারে।

মমা: মুপীমচা! নংগি নিপা হেরোহুবু চংগ্রবাও? (চংলক্লগ শিল্লীকাহু উবদ শুক) হৈমা! কদায়দৈ থরাইরাকপি ময়ামনো?

মুপী: সিদ্ধা—খিক্লকপনে পাবুংনা, মমাকি মনীং থুংনব. ঐবুন য়ুমদ পুরগে হায়রম্বা।

মমা: নঙন কৈদৌন লৈহৌরবা হেয়োসিগি নাক্ত হেরোইনস্মু য়াওররিনি সিদ। ঐনদি থানাদ তাকউবি ব্রারকহনগে হায়হুন, নপাবুংন শোমদ লাইয়েংব য়াদনব!

নিপা: ইমা, থানাদ তাকউরব্রা?

মমা: তাক্তবদে, লুখ্রাবীনি হায়হুম ঐবুদি উশিংত্রগ নপোং-নচৈঙ্হুস্মু য়োমসিল্লো থানাদ থকমিন্নক্লনব

(পুলিস ইন্সপেক্টর কোন্সটেবল ১ চংলকই)

ইন্স: কদায় ইন্দোল ইনাও অম লাইয়েংশি হায়হুদে?

মমা: ইবুংঙো অহুনি পুবিখো।

ইন্স: নেশা মপেসি লোইশিল্লু চংসি। নিপামচা চংসি সুব্রাইদ লাওদৌ শক্লক আদা ইংন পোথাক্লসি। ঐখোয়ন তৌরি-বসে নঙ্গি কনবনি নৌরিঙ্কদ লাইয়েংহৌব কৈ।

(মমাদ অমুক মতুদ অমুক য়েংলম্মগ চংমিন্নথি মাং খা)

মমা: এন খনবন অসুঁ, নঙ পাবুংন খনবন অম।

মুপী: ঐন খনবস্মু অম, অখোক্ত খনবস্মু অম।

মমা : নঙ হেরোইন্দি কয়ি খল্লি হায়বগে ?

নুপী : মাদি হেরোইন মতেং লৌ মহাদেব উগগে তাল্লি। ঐদি থাজদে মহু. পাবুংদি থাজমাম্নে

মমা : নঙগি হেরোইনবু ঐন থানাদ থমখি, মহু নঙ কান্নবি হায়ব থাজদ্রাও ?

নুপী : থাজদে।

মমা : নঙ পাবুংন মাবু থানাদৈ লৌথোকউব ঙম্মি হায়বদি থাজব্রা ?

নুপী : থাজৈ, মহুদি ঙম্ব য়াই।

মমা : অহুদি ঐ চাক থোংঙ্গে, নঙ চংলো পাবুংদ হায়রুরো। নুপাহু নঙ নখোয়রোমদ পুগেরা, নত্রগ নখোয়নীগি চাক শোমদ হাপ্লম্মুরা ?

নুপী : ঐখোয়রোমদ লৈরুসি য়ারোই মাদি। (চংখি)

মমা : অহুদি শোমদ নঙ পুরকও দ্রগতো।



মতাং অম
(B)

লৌবুক লম্বাং— মুমিদাংরাই।

লৈতোংদা ক্ষম নিংথৌশা (B) গঙ্গা শেম্মি, ফুঙ্গা নুংঙ্গুম শা য়েংওইদ মরুপ C), মীনাইশা (D) থরুদবগী ভাগ্নরি। মফি মোংপ ওক্তব ভাক্রি।

নিংথৌ: গঙ্গা শেম্ব লোইরগে মান মান ফাব অমমম শকপ তায়, মহাদেবদ কংলগ থরুদবনি পাপ প্লুদনবা। হৈতে হায়ব য়ারোই

মরুপ: মান মান হৈজব শকপ তাবনিন—

(শকই)

তোং তোং তোংদ্রুম্বী, চক্রিক নাক্রিক চাওহাইবী
থাদোই তেমু ভেমু, মতোন সনা জিঙ্গৌ—

মীনাইশা: (মথা শকই নত্রগ পুন্ন)

মমাং লৈকাই থম্বাল শাং—
মনীংন লৈকাই হয়িংইন
লৈরক শাথৌব বিদবরা
খোংবান লালুম্ব য়াম্মেহৈ—

২ পুন্ন: লালাম্বুংদ নোংমৈবুংদ
থরাই হিংন লোংলুসি—
উচি মখুল চেংচেং

থিরগ থেংননি কোঙ্গুৎ
নোম নোম শগাইতোং—
শান্নরুসি ছমাং কাং।
চানব লৈতে তখেলথাং
থাঙদ খৈদৌ মচাঙাক—।
৩ পুন্ন : করি চিন্তা তৌরুদগে—
কখোকসি চিন্তা নেশাদ—।
গঙ্গা যুহাও কাশী—
খোংসি মোইবুং হেরোইন।
মিং : জৈ পার্ব্বতী নাথ ! লাইচৌ নঙ্গি খুতুং ইঙ্গবনি অনা অয়েক পাপ শাপ চংহনবিনু।
( কংলগ গঙ্গা চিংই. দম তৌনৈ )
অথৌবশা ( থবর মচেৎ ১ পা চংলকই ):
চাক চাও. মাঙ থাও
ইতাও ইনাও তাদ মাম
লৈদি লৈতন করি চানি
কলাপ চোক মাঙ কমম থানি ?
সহর করাদ লুট তৌনৈ
অচিকপ মফমদ শেঙ্গাও লাক্লৈ।
নারদ মুনিগি বীনা মুলুবৈ—
রত্নাকর ডাকু রামায়ন কবি।

৩ নঃ (খুবাক খুই) ফজৈ কবি অথোব পাঙ্গনব।

খুদোং ফাল্লো — মহাদেবগি প্রসাদি

নিংঃ নিংথৌ শাব ঐনি স্না য়াথং তাও ইনাইশা। কবিন অরানব ভাঙব হৌনদে "চাক চাও মাঙ থাও"— চাবা চাদব মাঙ থার চাউখৎপ য়াব্রাও? রত্নাকর ডাকুন নারদকি বীনা মুন বাল্মীকি কবি ওন—লেংখি রামায়ন-। লাকপ মুনব চাক লাম্বশিংন তৌব তায় হায়দি লাইরিক্কি রানি।

মীনাইশাঃ মীনাইশাব ননাইগি মোত্ত, নিংথৌশাবা ইভো! চাক লাম্বগ নেশা লাম্বগ করি খেন্নবগে?

মরুপশাঃ মহবু রাহংলা বুহু, লাম্বগি লাম্ব অঙ্কানে

(অতৈন খুবাক খুই)

মীনাইঃ অহুদি অঙম্বশিং নেশা লাম্ব কোক্লব করিগুম্ব পাম্বেন শেল তানব লাইরিক্ক য়াই। (ময়াম্ন খুবাক খুই)

নিংথৌঃ মতম কুইন লাইরিক্ক হিংসনু।

অথোবঃ অমুক্ত লাংখিনু রত্নাকর পার্টি শ্রীরাম থারক নারদ মুনিত্থ লাক্লে [মথুংন তুরবীনশা য়েং] মীরাই চল্লব, বীনা অম খোংলকই। ঐখোয় হন্দোকসি লাও পাম্নব য়াই ঐখোয়গি অচিকপ আশ্রমগি বীনাগান মতেক অম তানব।

(হন্দোক নাথৈহন লৈখি, হায়গুম্মহন অনীহ মখোয় ফমফম লৈতোংদ ফম রারী শাখি)

(নিপামচা মকুবোক + মমা)

মমা : নিপা মচাহ্ন থাদোকপি করত্রা ?

মকু : থঙনবা থর য়াঙ্গম উচিন নাচিন থাদোকখ্রে ।

মমা : মথোয়নীহ্ন অদোমদ থম্বিরবদি ঐঙোন্দ বাইশংগ্রনীদা ঈথন্দ নীংখাতম্বদি ?

মকু : মথোয়নীনবু য়াররবদি ঐন্দ্র নীংখাতমজব য়ারপোৎনি য়ুম শঙবিনব লৈরবন !

মমা : সমাজগি চৎনবী কয়ানিদি আনোক অমম্বন য়েংব মতিক ওক জাৎনি ।

মকু : চুম্মি ইবেম্মগ ঐগ হিরমহুদ মোত তিমৈ ।

মমা : বৃন্দাবন্দ কয়ারক শুরে লেংবিরুবা ?

মকু : চৎলুবদ্রি ৫/৬ লক শুজরে খোংবু কণ্ডদ্‌ন ডান ইচা চাদে মুংঙাইব মপুং কাদে বস্ত ময়াম চৎমিন্নবসিদি ।

মমা : প্লেন্দ থর রেলদ থর চৎ, অচৌব সহরদ হুমনী মরীনি, ফাইভ স্টার হোটেলদ পোথাব কংদৌ ওইরবদি লংফৈদ কোইব নুংঙাইনি ।

(মমীৎ থাদোক মমাই খুম পাখঙ ৪ থাঙ নোংমৈ অরৈব পায় থমকা তৌ কোইশিল্লকই ।)

নিংথৌশা : ঙাইথো ঐ বা ঙাংনখিগে । (অতৈদ্‌ লেপ্পি) শাবি শানৌ অনী ! নখোয়ন কম্মিব মকমদ্‌ অরুব লাইফম্মি, নশা লাইথুং তীহু্ং পজনব অন্নাওব শেল মথৈ থাদরম খুরুম্মগ হনখ্রো ।

(মকুন লুপা ২'৩ (চা) অচোরব থরগ মমান লুপা

২০/৩০ অচোয়ব থাদয়ম্মি। মুপীন শেল থাদরম খুরুম্ম-
গবিরা চংখি।। লিংথোন শেল খুজং খীবদ কংই

নিং: লুপা চনী য়াথৈ ঐথোয় মহাদেবগি কুপান (মথোয় মরী
৫০/৫০ য়েন্নরগ অরেম্ব ৫০ তুন) মহাদেবদ কংনব হিদাক
লৈরুরো।

মীনাই: মীনাই ঐগি ইথৌনি। (লৌরগ চংখি)

নিং: নীংব কায়রব নহারোল থৈনকাংক্রম মকোন খোকশা
চুংলরে ঐথোয় হয়াও পুংকম, চাসে থকসে, অগোই শাসে
ইশৈ শকসে ঐথোয় শিত্রিয়ে তেক্লি হিংলিয়ে।

(পুম শকথ ঈশৈ, অগোইম্ব শা)

আশা আশা মীওইবৈ নেশা
নওন হিংহল্লি তীওখাক চীকখাক
তীম্ফা কাকথৈ ঐথোয়বু।

হয়াওসি ওসিদি ঐথোয় বসন্তনি,
পুং খরদ ওইরবসু,
চহি কয়া মীংথম নোংজু থাংলবতুং
লাক্লে ঐথোয় হয়াও পুংকম।
চাহৌ থকহৌসি নীংথা তম
ইশৈসু শকহৌসি অগোইবু থেক।
পেন্নব হিংলসি হয়াও পুংসিদং পুন্সিগি।
কনাম খণ্ডিত অমম্ব হয়েং?
হয়াওসে মুংগাইসে তীওখাক চীকখাক

লাক্লে ঐখোয় হরাও পুংকম
পুংকমসি লানথিবগ কংব য়াই কনা খঙনি
মৈনুংদ প্রেক প্রেক মৈয়ানবী !

মীনাই ( লিক্লী ২ মখুং অমমমদ পায় গদা হাইবগুম তান্থাদ
লাক চংলক খংলেপ লেপ )
জৈ জৈ শ্রীমতী নেশা লাইরেম্বীগি জৈ !
মকম : জৈ – জৈ বোটল দেবীগি জৈ !
মীনাইশান—ফুরিংখাওদৈ গলাস মচা খর পুথোরক হাওন
পেম থকমিন্নৈ লেকমিন্নৈ। ওক্লব মতৌ উই মচীনবান
লেকই মখুং লেকই। অতুগ শকমিন্নৈ ঈশৈ।
কাউখরো পুক্নিং 'হে অপঙবা !
শেংজে চাদে থক্কে থবক কংহৌদে, পেন্দে পেন্দে.
তাইবং পোংলুম অয়া অনা লৈত্তব লায়রব
খোঙ গে হাঙখরে সুংঙাই লৈবাক্কি,
খুংলাম তোইন কৌরে য়ানী শ্রীমতী নেশান
অকাউ ঈপাক্ত লুপ শানসি লাও জবুং জবাং।
চাহৌ থকহৌ সুংঙাইহৌ
কনা খঙনি হোরেল কয়েং গাড়ী গ্রুং.
চুপ্প য়োংপ হকথেংনহৌবন নয়ল অশেংবনি
ঙাক্ক ফক্লগ নৌন পোক,
তাইবংপোক, সুংঙা মচাই লাইবকফং

ইরোইজব কংলিংঙ, মুংলকী ঈরুদ শায়রো জবুংজবাং
( নিপামচাল খুমুং ঙৈশক্ত শক লাকই )
পংখৌ ইঙো খৌদাংকোকশা, পাংখোল্লা ঙম
মালংবঙুম ননীংতম্ন কোইনচংশা
মপং মৈখু খরদংবু য়াওজরকই,
মহীঅরুব লিক্লী মগুন হাপ্লরৈবু লৈবিরদি
য়াউম অনীদং ওয়রগ শেংব খায়ব
চীন্দমজনীংইদা অয়ম ঐদো ?

নিংথৌ : পাখৌ ইঙো নিপাখোকপ পাচা নপাউখোন্দি তাজৈ
শায়ংদ চল্লিল সরকারগি শায়োকশঙদ পুখ্রে হায়। পাংদব
ঐখোয়ন পাখৌগি নত্তেং পাংলব ঙম্মুদে। করম খোং
বাল্লাই তীঙখাক্ল মত্তেং পীবি পাখৌবু ন্নীংখাতম কংবিরক-
পগে ? ভরাগি মক্তংশিন মুনাংলীলা নিংথৌশাব ঐন
পাখৌবু ভরাম ওকচরি ।
( মখুং ফিংথোক কোয়। 
মীনাই শাবন লিক্লী মনীংদৈ চিরপ গলাস মচা ১ লাল্লি।
থকখি হেরোইন, ড্রগ খর পুখোরক য়য়াম খর খর য়েমরগ
মৈখু চিংনৈ। হয়াওনৈ লাইহরাও জগোই শায় মত্তেক ১
রাকোল্লো শকপ য়াঙই, লাংই, ডোক্তর শেন কনস্টেবল
(cibilian dress) লাকই।

কনস্টে : ইনাওশা ইচাশা নখোয়বু অমুম্না অঙৌম্না য়াওরিব্রা ?

মিনাই অতৈম্বঃ ফানগেরাও ? লেংশিল্লকও। শেল খর য়াও-বিরকপ্রাও ? করিমত হংগোইবিনু। অহল নহা লৈতে নেশা পাম্বমশেলদি পার্টি অমত্তনি নুংশিনগদবনি, তেং-বাংনগদবনি। য়াওবিয়ক্লগা লৈজগে খরবু হোংলবদি মহীদি খর লৈ য়োংপিগেরা ?

কনষ্টেবল : ঙসি এয়ারপোর্টগি খরদি থুংলৈ হায়ব ভায়। মমলদি তাংদাংব খঙদ্রি।

ডোতর : অশেংব নত্তব অশাব ফাং য়াওগল্লি। ইবুংঙোখোয়বু মশক উরগ মহাও য়েংলগ অশাব নত্তে, অশেংবনি নত্রগা অমানবনি হায়ব খংদ্রাও ?

নিংথৌঃ ঐদি খঙবনি। কনামদ লৈহৌবগে ?

ইংসপে নোংমৈঙৈং। : অমত্ত চেনগনু নখোয় নখুং থাংগংলু হরিবোল লাও। পরেং লেংউ মখং মনাও বেড়াই কীর্ত্তন মতেক অম চংলু। (ময়ামহু হরিবোল লাওরগ কীত্তন শক কোইন চংলি ইন্সপেক্টরন যোগাই মাধাই মতৌদ য়াথং পী লাওই বেটন থাঙ্গং শকই :

হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ,

হরে রাম, রাম রাম হরে হরে

সত্তা যুগকি শ্রীকৃষ্ণদো লযুগত্তা কানী অয়া অনং কাউহন

ঙস্থ অমুম্লাই অবতার

হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ

কলি যুগত্ত কানী ওইন অবতার।

ত্রেতা যুগকি রাম রাম সীতারাম

অঙৌস্না হেরোইন !

কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাসিনী

বল জয় রাধে গোবিন্দ রধা !

তাইবং পোংলুম লৈত লায়র

নীংব কায়ব লাইবক কুং

কাউহন ওস্ব রাধে শ্যাম—

কলি যুগত অবতার তৌর—

জৈ ওইরে অঙৌস্না অমুন্না,

জৈ ওরি নঙ্গরকোর, চিনি অমু!

করম্লো খওদে যোগাই মধাই,

হরে কৃষ্ণ, হরে রাম,

কৃষ্ণ—কৃষ্ণ—হরে—!

ইন্সপে-মাধাই : চুপ ! ঙাও শিন্নবু চৈ চাগেরাও ?

(বেটন থাঙ্গৎ ধমকা তৌ খংলি)

পা ওগি মরক্ত অমন শ্লোক থী - মখুউ লৈবাক্ত নাম তা মখুং ২না নুংশিং কোন, সুপী শা—মমীং উই—হরাওন

শ্লিষ্যতি চুম্বতি জলধর কলপম—।

হরিরুপগত ইতি তিমিরমনলপম—।

২ শুব (মাগি য়েংত চোংথোক) : কোগুরি চুপচরি লৈচীন নোং-ফাইদ শ্রীমতীন, হরি হেক লেংলকপগুম অমস্ব মথৈগ হকথেংন ! (মপি তায়)

৩ শুব (ওইরোমদা চোংখং) : কোগুরি কানী রাক্তং চুপচরি রাক্তং মচিন, কানিদ ভক্তশিংন শেয়ব কানী টিক্রা রাও

রমানে খন মৈখেৎনা মুংশিত্ত চুরগ চিংজরি প্রোক প্রোক।

১ : ভবতি বিলম্বিনী বিগলিতলজ্জা—
বিলপতি রোদিতি বাসক সজ্জা—

(গীতগোবিন্দ)

(হৌগৎতুন শ্রীমতীন বাসক শজ্জাদ ফম কপ্পগি মতৌ)

২ : খেংখ্রেং লেংলব্ররোই ইবুংঙোহ্ খঙলহ্নন ইকাই ইকি পুম- থা থা শ্রীমতী লেংখংলে. বাসক সজ্জাদ ফম—, গো গো খোং কপথোক্লে—

৩ : ফন চিংহ্নন কৈদৌদগে ইবুংঙোগী কুহ্ মানব মৈখুহ্ খোক্ত রে খঙহন কলিগি ভক্তন স্নুং স্নুং কপ হৌগংল — মুপী অঙাংগি মঙক্ত শিরিব লীককোল থংনিংলক্লে—।

মাধাই : চুপ চাব ! ভানাংদে করেংনু নাস্তিকশা এটেন্সন -! (ময়ামহ্ মখুং থাদ লেপ্লি), (ড্রিল লাওই) লেফট টর্ন, রাইট টর্ন, March forward--in a circle.

(কোইন চংহল্লি)

Double march. (চেলহল্লি—।)

Score halt ! (লেপহল্লি—।)

রেদী for বুক দাউন—! One—two লাও— লৈবাক্ত উপথ—হৌগংহন ভোহল্লি। রারহ্নন নিপাচাদি অহুম হিপ লৈথোকখি।

খর তৌরব মতুংদ—)

মাধাই : Stand up—হৌগংলি নিপা নত্তন—
Attention ! (মখুং ভুং পুন লেপ্লি)

মতুং মমাও নেশা চাবমখৈ থানাদ লমজেন চেনব লৌবুক্ত লৈবাক তৌব, কারখানাদ থাও শুস্ব, ফৌগুব য়াওহল্লনি খঙ্ঙু by order. থবক রান শুরুরগ করি চারগ কদায়দ পোখানি খঙব্রাও ?

লক্ক ইরোমব—, হরাই থোংব, কাবৌ পীজরগ - জেলগি কাণ্ড মা চিকপ কমুংদ হিপ্প ফংনি ।

শিশমিস—!

ময়াম চংনখি - নিপাচাব নাখোক তুমহৌই ।

থাংমৈ মমথরে—অঙাংব Light তা নুপী মচান খুলং ইশৈ শক নিপাচাবু থিরকই —।)

নুপী মচা (লালটেন ১ পায়) : কদায়দবু চংখ্রবনো মহাদেবগি মনাই ভক্ত অঙাওবদু বো ? থানাদ হংঙু ই নুংথিন্দ অহুম থাদোকখ্রে হায়রকই ।

—অ—হ—অ— শাবি ইবুংঙো থংজেন মাঙ্গদি প মুবা ! কৈরোই লৈকাইনদ নেশাবনগি য়েন কাংক্রুম মফোন থোক্লি মহায়বির—, লাইবক চাঙবী ঐঙোন্দদি তোম্পোক নঙসে — হঙোয় বরবী মমাদ লোম উমজব মশিত্থুগি পাংখকনে ।

(কোয়ম থর চং য়েংবদ উক্রই)

নুপী : হৈমা ! কনানো সিদে—?

শামু খোঙদ য়েংলগ উপ্প তাম্বে উপ্প চিং— লোংন তারে লোংন চিং—চুরা ; নক্রে—হায়রগ সরকারগি কাংলোন কাংজেন কাক কাক থোম্বদ মকোন ত্'রব য়েন কাংক্রুম

মফোঙ্খোকপু ওইরিদ্রা ?

(চংসিন য়েংলগ)

করিনি হায়গে হৈমা—সিদি হঙোই বড়বীনি অনিহুনিনা করয়ো !

তারিব্রাও ? ওহ—ইনেম্মচা—ও!

ওহ—পাবুংগি মমাক ইবুংঙো—!

নিপা : হৈমা নোং ঙাল্লব্র'ও ? কদায়দনো ?

নুপী : থেংগ্রে-লক্মাংনে হল্লগে ? মহাদেব লাইচৌ খুরুম্নি হায়-হুন পোং চৈ সিন্ধুর গঙ্গাকা লাংহৌরে !

নিপা : ওহ চুম্মিনহৈ ! ইমান ঐখোয়দ লাই অঙাওব খুরুম্ব শাওরোইদ্রাও ?

নুপী : নিংথৌ শাবখোয়দ চীক্ল মথন্ত লৈবনিন ফরে—হায়হুন লাংলম্মে ইশৈ শকপিনব ভক্ত থরম্ব বাজ্জোন তৌখ্রে থেংগ্রে লেংলসে ?

(হৌগৎ চৎমিন্নখি)

মতাং ১

( C )

নিংথৌশাগি শঙ্গোই খাজিল্লব অহাংব

লুংদাংপ ঘোট চক্ষু হৈরুক

ধুপ দীপ থা মহাদেবগি কোটো ১

থম গঙ্গা ঙাম্বক ২/৩ কৎ

শিন্দুর — — — ফমুং মচা১ থাব্রি
ফমাংদ ফক গালিচা ফিদা যন্ত্র খর
হারমনিয়ম, তবলা সেতার — — —
ফক মচা অমমমদ ফম নিপাচা
পদ্মাসন্দ ফম ধ্যান তৌরি
মমান্নব অতৈ ৪/৫ স্নন মহাদেব খুরুম
ঈশৈ শকই যন্ত্র লোইনন.
খুরুমজৈ ইঙো শিবশঙ্কর ভব ভয়ঙ্কর
খ্বাংশেংন কৈ-উন, হকথক্ক উংনিংথৌ ফুরিং
কোক্ক জটা, গুক্ক নেকটাই লীন অহিংব,
লাইবক্ক মীংহেন নিউক্লিয়ার শক্তি
ত্রিশূল শুব, তাণ্ডব জগোয় প্রলয়ঙম
ভুত প্রেত তম্নরাই শোরেল পুম্বী মরক্ত
য়াওহনবিয়ু ননাইখোয় থৌদাংকোক
কাংবু অতৈন তাথীন তাম্বোকপিরব
মীনুখাং, মীতস্বান, মীখিবোং শিদ্রুখাক
নতুং ইঙ্গুগে নন্দি ভৃঙ্গিগুম,
য়াইফরে লাওজবদ ভুতনাথ মহাদেব!
খুরুমজৈ ইঙো শিব শঙ্কর ভব ভয়ঙ্কর,
(ময়াম্মক খুরুম্নি বালভুক চায় চা থক্লে. গঙ্গা থকপস্নু
য়্নাওই, শিন্দুর তৈরি নুপীচান ময়ামগি লাইবক্ক।)

ডোক্তর, ইন্সপেক্টর, কনষ্টেবল, ইউনিফোম, শেং চংলকই ।

ইন্স (মপান্দে : নহাশা, ঐখোয় অমুক্ত চংলকে হঙ্গোইগনো ?

নিংথৌ : য়ানি কনানো ? হঙ্গোইদন চংবিরকও ?

(অহুমত্থু চংলক চপ লেপ য়েংনৈ তুমিন্ন )

( ময়ামত্থু চেনগে তৌবদে চেন্দন ফম লৈ । )

রারৌব য়াদে, ননাই ঐখোয় পারটি ওঞ্জরে । ড্রীল য়াও-জররোই ধান তৌজরে শিবভক্ত মরক্ত তিন ।

কনষ্টে : জুরার শান্নদেকো ? কানী ড্রগ মহাও তংদেকো

মীনাইনা : ননাই ঐখোয় তৌকচরে, রাবৌবিন্নু থবক্ল খংবিরি-।

কন : গঞ্জা মনমদি নম্মী নখোয় ?

মীনা : মহাদেবদ কংপানি ঐখোয়ন নত্তে ।

ইন্স : থাইলেন্দ ব্রহ্মারোমদে opium heroin 100 kg. পুখ্রে, মনিপুরদ চংগ্রে কায় মৈতৈ মচা smuggler শেল য়াম পায়ব অম খুইবোমদ লৈ হায়ন তায় । নখোয় মশক তাকপ ঙম্মবদি মনা ফংনে লুপা লিশাং ৫ ।

নিংথৌ : ননাই ঐখোয়দি অদুম্ব মীশক্তি খঙজদে ।

ইন্স : লোৎকন্নু মীয়ামগি ফনবা থবক্ল । অদুম্ব মতেং মী খুদিং পীগাবনি চাউখং থৌরমদদি ।

ডোক্তর : নহাশা নখোয় নেশা করা চারম্ব য়াই চারমদব য়াই, শক খঙনহিব উখিব মানবম্মু ফন য়াগ্র য়াওরে নীংই । নেশা য়াম্ন চা থরক্লবাদি পুলিসদ চাউখংপ ঙমদে, নখোয় হঙ্ঙি ?

ময়াম : খঙৈজ ।

ডোক্তর : খঙন খঙন চাদব ঙমদে অয়াম্ব মীন ?

ময়াম : ঙমদে—

ডোক্তর : পৃথিবী পুম্বদ তমথীরব নেশা opium heroin, কো-
কেন কেফিন থিংনব ফানব লাক্লরি। করিগীনো খঙব্রা ও ?

মীনা : ফারগ শেল য়াম্ন ফংবগি ।

থৌব : শেন্দান লম্বীনি হায়রিব্রা ও ?

ডোক্তর : মহুই নত্তে মরু ওইব মরমদি । পুন্সি তেলহনব লায়না
কয়াদৈ থিংনবনি। মী লাক্ক কয়া কয়া ঙন্ন ঙন্ন নেশান
অশিরাইদ য়োন্থোকখ্রে মী লাখ কয়া নেশাগি লাংদ মখোঙ
ফিত্রিং ফিত্রাং চোং অশিরাই ঙন্তা থেংননব ঙায়রি।
অমুক্ত য়েংলরাও হাপপীটালদ লাক ।

ময়াম : কিজৈ য়েংজরোই ননাই ঐখোয় হান্ন উরে।

ডোক্তর : কিরবদি নেশা চানু, চাক্লরবস্থু থুন তোক্লব লাক্লো।
অশিরাইবু লক্লনুকো নখোয় । নমা নপা অহল্লমন শেল
কয়াল্লা ভিংই ? কয়া অম মচা মগুগি নেশা লৈনব শেল
ছুনবদ মুংখ্রে নেশাই শেন পীদবগি মমা মপাগ মচাগ,
মচিন মোপ্বা কয়া য়ৈনৈ শুনৈ হাংনৈ খঙদ্রা ?

ময়াম : খঙজৈ তাজৈ।

নিং : ননাই ঐখোয়ন তৌরিবসি—;জানিয়া শুনিয়া বিষ—খায়'
খঙন খঙন তান তান হু চায় হায়হুনি।

ইন্স : নখোয়বু ঙন্তা শিনিংব য়াওব্রাও ? য়াওরবদি চংসি

লাও খিনবিরমগে অয়াংব গাড়ীদা ?

ময়াম : ননাই ঐখোয় গুম শিজনীংদে ।

ইন্স : অহুদি নেশা কৈদৌন চায় ? শেনম্থু তিং হকচাংশু মাং ?

মীনা : শেক্কব নুংঙাইত্তব কয়া পুন্সিগি পুক্তমদব পোংলুম নঙ্গো অচৌব পোব পুব ওয়ব ।

ইন্স : হিংনব লম্বী সরকারনা ফজন পীরি শেম্বী রি অশেম্ব অশিংব লম্বীসিদি চকুন কব্রিগী অয়ানব লম্বীদ সগোল ত্তাগন থোই, মৈখু শুনব—রান ভাঁর ? নত্তিক নপা চান হিংব ওম্মো করাম চাউনো, পংন মীত্তো ওম্মুনো ? নমিং হায়য়ু মথং মথং ।

নিং : নিংথৌশাব লীলাই ।

মী : মীনাই শাবা

ম : মরূপ শাব

অথো : অথৌব শাব ।

নিপা : নিপা মচা ।

ইন্স : নখোয় হয়েং থানাদ লাকউ পুং ১০ দা ।

পুপীচা : কব্রিগি ওইরবনো ইন্সপেক্টর সাহেব ?

ইন্স : চুপ্প মহাদেব থুকুম্ব য়াই । মহাদেবদ গঙ্গা পীথক কানী হেরোইন পীথক ত্তাগক্লবদি মতুংইনবা ভক্ত মরাম মাংগনি অহুইনি । (চংখি)

নিপা : খোগাই মাধাই চংখ্রে, মচাল কংলব ডক্তশিং সক্তীকুম হৌবিরো ।

মম' : করে অহুদি ইথন্দ ঙা খোংলগ চাজক্লুরগে ঙাইখো, র' অম হায়রগে অঙাংশা নখোয় লম্বী লমথাং অচৌকপদ অহল লমন মুপী অঙাংদৈ সনরীক থংপা ফুরিংখাও ভুস্ব কি রোল মুনব তৌরুন্নকো। থাইনা ড'কু রত্নাকরন লম্বাংদ ঋষি অমদৈ মংশাং মরল মুল্ল বদ পাপ পুজনি নথন্দ, নঙন থাকইব নতু নচাদি পাপ্তু য়েন্নসি য়ারোই হায়বতু তাগ্রবা রারীদো ?

মরু' : তাগ্রে রারীহু ইমা — থাইনটি ফুরিংথাও চপ্প, শন ওবানব, একাগাডী লাকপা শেঙ্গাও লাকপ, অঙাংনুপী মঙৈক্ত লীক থংপ নুপী মচা যুবতীবু চিংলগা লোং থন্নসি অরাকপ অচিংব ডাকুহুদ মব'ল পিরম্মী, ভুজিক্তি ইমা রত্নাকরন খিব ফাব ফংদ্রগ মমা মপা, মচিন মনাও মরী মতাং পুম্ব পাপ পুব য়'ওহন্নরে, কৈঙমশঙদ ফাগং শাবংদ থন্নরে খুংম ব ডাকুহু ফংদ্রিবকা॥।

মম' : অহুম্ব পাপ চেনব থবক নেশাগ খোইনশিন্দগ তৌব য়াওরুনুকো ইচাশা ?

নিংথৌ : নেশা খর খর থাইনদি চানরগ্ন য়াওবগ্ন য়াই ঐখোযগ নন্দি ভৃঙ্গি পার্টিসি। অচোপ্প অরাংব পাম্বন নেশা লৈরগ অরান খুভম তানব মীতা অমঙ নাং, ভদ্রলোকশিংদি।

মিপা : ইমাখোয়বু লমজাউদ শেঙ্গাও লকপ লীক থংশ ড্রগ চাব কা'বু হকথোংনরুব য়াওরব্রাও ?

মমা : ঙরাং নহ'ল অহুম্ব রাখোক হম নংগায় মামোন তমহুন

হায়রপ তাখি। (অয়াওবথৈ ইকাই)

মপাশা:—হেরা, নহালদো ননশোৎপীগি পনয়াদ ললাম্বংগি মরুমদ মোম্ম, অমন রারে হায়তুন অরূম্ব পোৎ খর থারু-মানে: পাখঙ শরী ঐথোয়দে খর নহা ওইব অমন হায়-জবোইরে।

"শাবি লাও লাও লোইররবদি চৎসি লাও, কল্পকপ য়াম্মা কঞাওব য়াম্মি মাঙদ থারোলাও, খুদক্কুদ খংহৌদন রত্নাকর ৪/৫ না থাঙ নোংমৈ উং শাবি শানৌ অনীহুবু bold up হেক্ক তৌথিব জাংনি। লুপা ২০০/৩০০ থাদরম্মু, মখোয়তু ভদ্রলোক ওাক্কনি, য়ৈব চৈবদি তৌহিদে হায়তুন থাগংনৈ।

মীনাই: ভেরী শোরী, মতমসিগি ভদ্রলোক, অতুক চোপ্প থবক্ক শেল তান্নরবকো।

মরুপ: নেশা চাব, ড্রগ খৌরাংতুন ওাওরব ভদ্রলোক ওাক্ক ওইরম্নি, ইকাই ইকি খঙদ্রব জাং।

নিংথৌ: Sure—কানী, হেরোইন চাব হেরো শাব ওাক্ক ওই-রম্নি। হে মহাদেব ইবুংঙো নেশা অধিপতি! ননাইশিংগি শাজৎ লীচৎসিবু চুমথোকপিব ময়াররোইদ্রাও?

অথৌব: মশক খঙব য়াওরবদি সত্য, পাপ করিনো হায়বতু থিন্দুন তাক্লিংইদা!

মমা: মশক্তি মাইখুম হাপ্পন খঙহৌদমানে, নহাদি নহা

নখোয়গুম্ব ঙাক্তনি হায়। ইচাশা নখোয়দ য়াওবিরুনু ।
ঐ চাক খোংউদোবনি থেংথ্রে।

মপা : ঐস্নু হল্লগে নুপীমচা অহিংচুপ্প পোথাদন নাম শোন্দুন চোং ফন্দুনদ লৈরবদি হকচাং শোক্কনি ইচাশা। লাই নীংব, হিদাক চাব ঈশৈ জগোই লীলাই নেশা পুন্নমক হকচাং শোক্লবদি তৌফদে অঙাংশা। চাং নাইব, মতম মফমগি বিচার চুম্ন চংপ লাইগি পাউতাক্কি লাইরানি খঙঙু। লাইখুরুম্বদ চংগদব সেল রাংলবদি ইপাই লৈ, হয়েং পুরক্কে। ঐ হল্লে নিপামচ মা লৈহৌখিদ্রা?

মমা : লেংমিন্নরসি শিবরাত্রি অহিংদা য়ান্ন মশ্মি।

(অনীহু চংখি)

(নিপা নুপীচা খুরুম্ম লৈহৌই)

মীনাই : শেল পীগে লাকপ নি ঐখোয় উবদ থনমদবনি।

অথৌ : ঐখোয় অহুম্মরী মতুং ইল্লগ অমম্বদ কিদনব থিনবি-
রুসিরা?

নিংথৌ : থিল্লু নু অনী শুরি কিরোই।

মকুপ, মতমসি থেংলে, ঐখোয়স্নু হল্লসিনা?

নিপা : রারোব য়াদে লেংবিরো (নমস্তে)

নুপী : নমস্তে। ঐদি তুন্নিংবন মীংসি

নিপা : নঙ তুম্মো, ঐ ঙহাক্তং লোহৌখিগে।

কানী টিক্রা ১/২ রাক্তংন চিংই । মতুদৈ drug heroin

চুরুট মৈখুগ অমুকুং চিংই। রাক্কং অহনব কানী অশেঙ্ম heroin powder খরম্থু লাইমাংদ কংপগি লৈ।

ফক ফি থারগ মুপীচা কম্বল মুপ তুমথখ্রে। ফক অমদ (লাইমাংদ থা) ফিজাউ ইন পদ্মাসন্দ ফমখ্রে নিপামচা, হিদাক মৈখু চিংলব তুং মখুং মশা হামদোক।

নিপা: হে শিব শমভু! হায়জ চংচ তাবিব ইবুংঙো ননাইন থরাই শোক্ল কৌজরি, থবক ফন চিনবিরবম্থু ঙহাক্কংদি লেংবিরক্কব য়াদে প্রভু। নীংব কায়রব ননাইনি তাইবংগি মিত্রংসি কাম্নদে হায়ব উজরে। ঙসিবু ননাইদ দর্শন পীবিদ্রবদি hunger Strike তৌজরনি ভূতনাথ মহাদেব।

তুনিম্ন মখুং লোম্ন কম্মি, মনাকোংদ তায় back-ground song –

খুরুমজে ইঙো শিব শঙ্কর ভব ভয়ঙ্কর, খ্বাংজেংন কৈ উন ইকুপ্ন উংনিংথৌ ফুরিং, কোক্ক জটা ঙক্কা নেকটাই লীন অহিংব. লাইবক্ক মীংহেন, নিউক্লিয়ার শক্তি ত্রিশুল শুব, তাণ্ডব জগোই, প্রলয় ঙম্ব ভুত প্রেত তম্নরাই শো-রেলপুম্বী মরক্ক য়াওহনবিয়ু ননাইখোয় থৌদাংকাক কাংবু অতৈন তাথীন তান্থোকপিরব মীনুখাং মীতম্বান মী-থিবোং শিদ্রুখাক নতুং ইঞ্জগে নন্দি ভৃঙ্গিগুম য়াইফরে লাওবদ ভুতনাথ মহাদেব খুরুমজে ইঙো শিব শঙ্কর ভব ভয়ঙ্কর।

নিপা : (ইশৈ লোইবদা :

হেলো ! মহাদেব ইবুংঙো, ননাই নিপা মচান কৌ-জরিবসি তাবিদ্রবাও ? অমুক্ত লেংবিরকও মৈখু, প্রসাদী ওইনব কচ্চরিবসি অমুক্তদি চিংবিরোও ! (উইথক্রে নাখোক)

মাগি মরূপ অমন মহাদেব মান্নব শা তপ্প চংলকই। ত্রিশুল পায় হাওফি শেং-ইন গোংথাং কুপ্লি দেং নাওরেগ ফোং ফাওরকই।

মহাদেব : ঐ লাক্রে নহৈ, খদাংকন কৌবা ! (নিপা মমীংতি উই মখুৎ ন মহাদেব লাৎলিব ফমভম পাক্ল থার ফোটো মমাংদ ফম্বিয়ু থিল্লি। চংহুন ফমখি বালভুক খর চায়। শেলস্থু ঐগোন্দ কৎলিব ওইরে ! (১০০ চৎপি ১০ চৎপি খুঙ্গৎ ফিরৈদ য়েপখি। গঙ্গা ভান্থক লৌখৎলগ অমুক অনী-রক চিংঙি থম্মগ ঙক্ল য়েংই — কানী রাক্তং )

হৈ নিপামচাসিদি কৈদৌনবনো ?

মমীৎ উইক্লম মমগুদ হৌগৎ কানী রাক্তং অহনবন মহাদেব শাবদ পী মাগিহুন পায়জ, অশেস্থ তিক্রা খর লৈরন্থহু থকমিন্নৈ তাম্ব মবুংঙোদস্থু মান হান্না থক থক মৈখুগি রসতু মগুক নোম কৈ য়ানীং তিক্রা ১/২ থকই। মথংদ অমুক হেরোইন ময়োম পুথোক উহল্লি। মমাংদ শেম চুরুট্টা হাপ থকপ মতৌ উংলি, মহাদেবদ পীথকই হাওন ক্ষানখি।

মহাদেব : কদায়দ পানব হিদাক্লো ? কনান কমদৌন পুথোরক-পনো ? মখোয় সি দ যায় ফৈনে। গঙ্গা মৈথু সঙ্গাইদাক কয়া কাদৈ য়াম্ন হেনব জাংনি মখোয়নাসি পার্ব্বতীনস্থু খঙ-দনব নঙ্গিসি ঐস্থু খর খর য়াওরব তারে।

নিপা : ফমি ননাই ঐ থিজগে।

মহা : নঙন ঐবু অহিং অহিংদ উরেংকোন্থৌন কৌবগুম লেপ্নন কৌরিবহু হিদাকসি মপাম্ন ওইরিনি ?

নিপা : অহল লমম্নদি কানা হেরোইন চাবসি ফংগু, হকচাং শোকই, পুন্সি তেল্লি হায়হন থিংই, খামই পুলিশ নেশা-বন্দ পারটিন ফাই ফুই।

মহা : অস্থুক হাওববু নুংঙাইববু হকচাং শোকচসনু কৈদৌই হায়বগে ? নেশা চাদন হিংবদ নুংঙাইতহন চারিবনি থকইবনি, হকচাং শোকসনু নুংবু নুংঙাইরবদি কৈদৌই হায়বগে।

নিপা : পুন্সি তেনগনি খাংমু থক্ত শিগনি হায়বগি য়াম্ন কিনৈ।

মহা : হা হা হা শিববু কিনরিব ? শিবন ফরে, শিরগ নুংঙাইরনি হায়হন শিহনববু করিগি কিনৈ হায়বগে ? য়াম্ন নোক্লিংইনে নখোয় তাইবং মাসিদে ?

নিপা : অশিব হায়ব লাইহুবু হায়জচংচব য়ারিদ্‌রা ?

মহা : চারোন য়াদব লৈতে, মীনা চিরোল তৌনরিবহু লাইদৈ তম্বনি। অশিরাই লাকপ কান্দ নঙ্গি কানাগ হেরোইনগহু পীথক্তুন য়েংউ।

খোঙদ কাক কাক খৎপ তোয় । (পার্ব্বতী চীংমী পোষাক কেনদি শেৎ লিরূী কয়া. পান খর মঙ্গ্া খর শমদ হাপ নিংথম্বন নিক লাকই )

নিপা : কনা ওইবিরনো ?

পার্ব্বতী (মরোল খোইরপ): রা অমা হংবিগে খোঙ হাঙহো ইবুং ?

নিপা : করি ওইরবনো তাকপিয়ো ?

পার্ব্বতী : নঙ্গি এঙ্গোন্দুদ ঐখোয় কার্ত্তীকপা হিদাক থকপ লাকপিদেকো ?

মহা : পারু ! ঐটি রাস্তমে কিওং মেরু খুজনো আউসো ? অস্নুক থেংব অহিংদ করিগি ঐবু থিব লাকপনো ?

পার্ব্বতী : তিামরু কিওং ঘর ঘরমে গঙ্গা ভাঙপিনেকো যানসো ! শরম লগ সৈনাহো ? নঙদি করিগি য়ুম য়ুমদ গঙ্গা ভাঙ থরুব থিব চৎপগে ? করিমত ইকাইদব্রাও ?

(চংলব্রগ য়েংলৈ)

মহা : আগারি ঘর ঘর গুরুবারমে শিব পুজা বহুত কর্ত্তা থা। অ ভিতো খালি এক দো ঘরমে শিব পুজা হোন্সা। আমেরু ভক্তকো মদৎ দেনা পরসো। তিামরু মনিপুরকা হালৎ কা। জানসো ?

থাইনদি য়ুম য়ুমদ নোংমাইজিং খুদিংগি শিব পুজা য়াম্ন তৌনরম্মি। হৌজিক্তি য়ুম ১/২ দদা শিব পুজা তৌনরে। ঐগি ভক্তদ মতেং পীব তাবনে। নঙন মনিপুরগি শাজং

লীচং করি খঙব শায় ?

পার্ব্বতী : (শমদৈ লিক্লি ১ লোথোক) ! এ মনিপুরকো মহাদেব সীবগ

সবসে আশা রাসি সেকমাই হৈ।

(হয়াওন লোথোক চুপখি)

(মতিন য়েংপ উবদ নিপা মচাদ) সে নঙস্থু থকপিয়ু ইবুং মাস্তক্কি অহাওবনি।

(থকপ হাওন)

রামক্ক সো দাক্তু?

নিপা : রাম লদ্বুদ হেল্লি।

পাব্ব'তীন শম থারগ পান্দুম ১।২ মঙ্গ্যা ১।২ পীরক্মী ( রাঙ্কং উবদ করিনো হংই), মখুংন থিন। কানী টিক্রো ১।২ পুথোক মহাদেবগ চিংমিন্নব উহল্লি। বালভুক খর লৌরগ চায় মহাদেবন পার্ব্বতীদস্থু থোইহুম ১।২ পীরগ চাহল্লি। হেরোইন শেম্মগ চুরুট মৈখুগ য়োংমিন্নৈ। নোককেং তোরগ কুম্মে য়েংই পাবর্বতীন। মহাদেব নেশা খর কায় নোককেং হৌগং চীং জগোই মত্তেক অম চোংই। পার্ব্বতীদ শাও হায়বদ পার্ব্বতীন খিংভং শারগ কে·ন চিংলগ পুথোকখি। নিপা ভুমথৈ নাথোকলগ।

# দ্রগকী মঙ

## মতাং ২

## (A)

মহাদেব পার্ব্বতী চংখ্রে, শেল পুখি, লিক্রী ১, পান মঙ্গা খর থনম্মী। নোং ভাল্লকপদ উচেক মচা খোংলে য়েন খোংখ্রে। ভাম্বোরকপদ নুপীমচা হৌগং ভরাং চায়খায়-রম্ব পোংচৈ লোইশিল্লি। পান্দুম মঙ্গা খর তারম্বহু উবদ ভকই। ভরাং মপা অমদি মবোক্র কংলম্ব লুপা ১০০ চংপি ১০ চংপিহু উদে, কম্ন থি অরেম্বদ।

নুপীচা য়েংওই তাবিরিব্রা ? (নাখোকপহুম তায়)

তামো। তামো!

নুপা : করিনো পাক্ল ? নঙ ভরাং লিক্লি মান্তক্কিহু অমভ্র পীয়ু ভহাক্তুং।

নুপী : কদায়দগি লিক্রীনো নৈভেযে মান্তক হায়ববু করিনো ? ভান্থক হেন্তাক হায়ব্রাও ? মঙ মঙলিব্রাও হুজিক ফাওব ? নোংভল্লে, মীংকপ খোকপিরোসে ?

(নুপা তপ্ন হৌগং ফম্মগ কোইন য়েংই। ইভক ভক্ল।)

নুপা : নঙ ভরাং লিক্রীহুদি পাক্ল ? নঙ ভরাং শেংলকপ ফিজোন্দু-দি কদায়দ থমখ্রে ?

নুপী : পাক্ল হায়ববু কনানো ? মঙদ উখিব্রা ঐদি নুপীমচা কৌয়ে, পাক্ল কৌদে।

নুপা : নতাং তৌশিন্নমু, ঐ খঙজি, নঙ পাক্লনি। ঐভোন্দ

দাজু, কৌ, ইবুং হায়য়ু য়াম্ন পকই। দাজু, ঙরাং পাবুংন লুপা ১০০ চংপি অম মহাদেবদ — অবোক্লস্থ ১০ চংপি ১ কংলস্মিদনা? ইবুং লৌশিনব্রাও? কদায়দ থম্বগে? চা লৈরুগে চান থক্লব করি করিনো খর লৈরুগে কদায় থমজিনবগে?

মুপা: ঐদি থমদে লৈত্রাও লাইমাংদ অহুম? মুম্ন যেংউ পারু।

মুপী: য়াম থিরে উদে লৈতে দাজু।

মুপা: মাংত্রবদি লাইন লৌত্ররিনি।

মুপী: ঙরাংবু কনা কনা লারস্বগে তুম্নব তুংদ? অতেংবদ ঐন তুমত্রব কাম্দ?

মুপা: (নিংশিংই) মণ্ডদ লাকখি ঐগি ইবুংঙো মহাদেব, ঐগ হিদাক থকমিন্নখি। মহাক বালভুকস্থ চাখি। গঙ্গা কানী হেরোইন য়াম্ন পাম্ন থকখি।

মুপী: মহাদেববু কানী হেরোইন থকপ হৈত্রবাও?

পা: ঐন তম্বিহুন হৈখ্রে।

পী: অহুদি লুপা ১১০ তু কানী হেরোইন চাব থকপ লাইহুন শোইদন লৌরম্মনি।

পা: ইবুংঙো মানবু লৌবিত্রবদি লৌখিসনু মাংখিসনু বেরা লৈতে; হোরেল নুংদাং মহাক্ল অমুক লৈরক্লগ থকমিন্নদোবনি।

পীঃ পান মঙ্গ্রাসিনা কদায়দগিনো ?

পা ঃ মহাদেব ইঙ্গোবু থিরকপি পার্ব্বতী শাবি অমন পুরংগ পী-
রম্বনি মাগি শমদৈ লৌথোক মাস্তক লিক্লী অমস্তুং ঐঙোন্দ
পীথকখি ঐ য়াম্ন হাওই। নুপী পাব্বতী শাবিদো নঙ
নত্রাও ? নঙোন্দ শেল অমত্ত পীরমদ্রাও ?

নুপী ঃ ( মথবাক ঠৈয় ) হরে হরে কিজরেদা! ঐদি ঙরাং কম্ন
নুংঙাইন তুম্মুরপোৎনি, নঙ্গি মঙলান্দকা য়াওব শংজপোৎ
নত্তে।

(নুপা অঙাওবগুম ইঙক ঙক কোইন য়েংই, চৎলি
ঙরাং মঙহ্ নীংশিং। নুপীন ঙক্ল নুংশাথীন মতৌ য়েংই।
মপান্দৈ মবোক অমদি মপাশাবন কৌরকই।

মমা ঃ নুপী মচা নখোয়বু স্নুক থেংলব ফাওব হৌগংত্রিবাও ?
নঙ পাবুংস্নু য়াওরকলিনে।

নুপী ঃ অ.বাক চ'বিরংউ পাবুংস্নু, ঐখোয়দি হৌদি হৌগংলে
হায়ববু ঙরাং অহিংগি মঙ মঙব লোইনত্রি।

(অনীহ্ চংলক ঙক্ল য়েংই)

নুপা: (মকুবোক্ত মুন্ন য়েংলগ খুরুম্নি) . শিব শমভু ইঙো, ননাইবু
চানবিয়ু। ( লৌথংলি )

( ঙক্ল য়েংনৈ, মমাদ অমুক খুরুম্নি )

পার্ব্বতী হ্নমা ইবেম্মা ! ননাইবু চানবিয়ু। ঙরাং
ইমান পীথকপিরম্ব হিদাক মহীহ্ কাউব ঙমজদ্রে, খিৎ-
তদি য়োৎচখিগে ?

মমা : করি হায়রিবনো নুপী মচা তৌরিবসিবো ?

নুপী : ঙরাং মমঙদ মহাদেব লাক্লম্মি মখোয়না হিদাক থক-মিন্নে, কানা হেরোইন লোইন থকই হায়রে লাইতুম্মু। ঙরাং পাবুংন কংলম্ব ১০০ চংপি ইমান কংলম্ব ১০ চংপি-তুম্মু মপু মহাদেবন অতুম পুজখ্রে হায়রে।

মপা : মহাদেব ইবুংঙো লেংলক সাক্ষ্যাং লৌবিগ্রবা !

নুপী : পার্ব্বতীন পান মঙ্গা থরম্মু থম্বিরম্মি শমদ হাপ পুরক অতুগ হিদাক মহী মাস্তক লিক্লী অমস্মু পীথক্লম্মি হাওই লৈরিব্রা খিংত থকখিগে হায়রিবনে।

মমা : মাস্তক হায়সিবু করিনো মখোয় পাবুং ? ঙান্নক হায়বদি নত্তেকো মহীনিন।

মপা : ককচীং মনাক্ত মাস্তক হায়ব খুন অমদি লৈবনি। মখোয়তুদ শেম্ব হিদাক ওইব তায়। মহাদেবন শংশং চানবিব তারে। অহো ভাগ্যং! ওম্হোকপনি লাইবক্ত তম্ব মী হায়দোকখিনুসি মাইবী পাঞ্জি ডোক্তর মাইব অমুক্তং তান্নরুখিব তায়। মমীংসিস্নু কৈরেং য়ুরেং তৌরি।

মমা : ঙরাং তোংখিব লাইতু ছুজিক ফাওব থাদোকত্রিব মাল্লি। নুপীচা নঙ নিপাসি চখোকহনখিনু নিংখিন সেবা তৌরম্মু ঐখোয় মাইবী শেল ছুম্লুখিগে মাইব পাঞ্জি ডোক্তরগস্নু তান্নরুখিগেকো। (অনীতু চংপদ)

নুপী : শেল থর পীরম্মু পাবুং।

(৫০ চংপি ১ পীরম্মগ চংখি)

# দ্রগকী মণ্ড

## মতাং ২

## (B)

লম্মাংদ মুংশা য়াইরি নিংথৌশা (মহাদেব) মীনাই শাবগ। অয়ুক্কি নিংথম থাগি। ঙরাং অহিংগি make up খর কোক্লি।

মীনাই: ঙরাং অহিং লীলা শান্নরুই হায়রবু শেল কয়া দক্ষিনা তৌরকপগে? থাদি থাদ্রাও?

নিংথৌ: শেল থারক্তে, দক্ষিনাদি খর থকমিন্নরকই লীলা তৌব নিপাচুগ, লুপা ১১০ গা কৎলকই।

মীনা: লীলাদি খর পাল্লিনিনে? পার্ব্বতীবু কনান শাবগে?

নিং: শারুংবম শাফবীন।

মীনা: মতুংদ অমুক লীলাচু কৌররদি নন্দিরা ভৃঙ্গিরা শাচুন ঐস্থু অমুক্ত য়াওজগে?

নিং: পারা ফাগন্দে অরুব লীলানি নঙ য়াওব য়ারোই

মীনা: কন্ন ঔরাইগে মীন হোৎনরগ ঙমদব লৈব্রাও? লীলা- চুবু খর নুংঙাইব্রা? মীন কৌননিংব জাৎলাও?

নিং: নিংথিব লীলা নুংঙাইনব উৎলবদবু ভাইবং মীন য়েংনীংদব হৌনব্রাও? হুজিক কলিকাতাদ বোলসোই বেল্লে উৎলি টীকেট লুপা ১০ দগি ৫০০ ফাওব, টিকেট লৈবদ মীয়াম ইমচুন পুলিশন লাথি চার্জ্জ তৌরি। নুংঙাইব কুম্মে য়েংনীংদব মকম লৈব্রাও?

মীনা : ইশৈ জগোই মতাং চান ফজন থেংলবদি লীলাস্থু য়াম্ন
নুংঙাইনব পাম্নে লৈ।

নিংথৌ : মফংবদ মেঁমেঁ, থোংনরব পোংচৈ তাংবন নুংশাহোনব
য়ারব মতম সিদ নথোয়ন লীলা তম্স তক্লব, কন্ন হোৎন
নীং ঙবরু জেলখানাদন যেঙ্গাং হাৎব হেল্লি হায়রিব্রাও ?

মীনা : থবাই য়াওব আটিষ্ট ইশৈ জগোই খর অহুম ঙংব
থেকপ মশকস্থু অ১ম লম্ন উাদ খংওইদব পুক্ষরক্কে লীলা
যাংহনবিযু কন্ন তমখ্ব য়াব ঙাক্ত খঞ্জরক্কে।

নিংথৌ : ে (ন্নপা) ১০ চং প ১ পীরগা হিদাক খর ফংব্রা য়েংউ
লীলা গ ইশৈ জগোই খর ঙসি তান্নসি, ঐরাইনি। নমান্নব
খর মীরেম মীতোকচাক লৈরবদ হৌরকউ তীনফা কাকফৈ
উতাংবি ওইন হিংনব লাইব্রা তান্নসি শান্নসি।

মীনা : মীরেম মীতোকচাক মানুখাং মীতম্বানদি য়াম্ন লৈ,
খরদি শোইদন পুজরক্কে। (চংখি)

নাকল অমরেংমদৈ শংক্লংবম শাফবী পার্ব্বতী ফিজেং
খরদি শেংলক কংফাল ইকাইথবী, মাহবী মান্ন ফিঙৌ-
শেং মখ্বাংদ ফিমতুম ১ কি লাকমিন্নৈ নোঙ্গ্রহুন।

পার্ব্বতী : ঙরাং ঐন চৌংমাগি জগোই অম শাবহু সত্য
নোংক্লিবন করিনো (ফন ফন চোং কিদলাম শাবগি মঙৌ
মতেক অম তম্ম। নোংক্লিংহন ইমুংদৈ চেন্থোরকপা।

ইকাইথবী : নিপামচাদি ঐখোয়নাবু শক খঙহৌদ্রাও ?

পার্ব্বতী : কদায় খঙহৌদগ ? ভক্তহদি পংথরবনি মবুংঙো

মবেম্মনা চানবিরে হায়রুন।

বিংথো : করেম্মনু মীচোন্দ তমথোকপ য়াব ৱাণী নত্তে। মীচ ঐখোয়ন নংলিবাসি পঙব থাজগনবদেনে অপঙব মীতৈবু বমথাক ভৌরগ হিংব নত্তনা অতনর পাংদব, কাংথথাং, মীমরক ঐখোয়ন করম হিংদগে ?

পাব্ব' : করম করম ভৌদগে হায়বত্তু উরুদন ভাকপিরো,

নিং : নিপামচা ভাগুরি কৈরিরি বাহ্নন লৈরোই. মমা মকুবোক মাইব মাইবী, ভোক্তর ভায়ব চংখি, মংল ৱাত্তে। মথোয়গি মরলত্তু চংথোকপদ ঐখোয়মু নর মত্তেং পাংবিব কৈ। মরম অহন নরোশিং শিজিন্ন মাংবী শরো ইকাইথবী নত্তন, শাকবী নত্তদি নিপামচা মা ইনেত্তু থত্তনব নত্রাও ?

পাব্ব' : থত্তৈ।

নিং : নত্তন হায় য়াম্ন চুম্ব মাইবীনি যেংবিয়ু য়াব য়াদব থহদে, লুপা ৫০ রা ১০০ রা পীরগ থেমহুন কাওহল্লু। চুমথ্রপোৎনি মপা লৈত্তে হায়রুন থাগংলু।

ইকাই ঐন করি কাউরুদৌরিবা ? মাইবীদি নত্তনা ঐদে ?

নিং : নংবু মাইবী অমত্ত উজ্রিবাও, লাইহরাওবদ ময়োম লাকপ চাবান থাবদ ?

ইকাই : উবুদি উরে, ঐখোয়হুরাইচম্ম লৈরে।

নিং : অহুনি মতো ভম্মু মহাদেব অমুক থর চাউর খুন্নম্ম। শেল পাম্মকনুংমহী মৈথু জাং সুনা য়াং কংলু হায়মু

লাইবক নোংমাইজীং.সিদ ফরক্‌নি, কৃপা তৌরক্‌নি হায় জিল্ল লোইরে। অদুগ রেংগই পার্বতী শাবি নগুন থাজনব চাথ জিল্লগ সনামহী মমাংদ চেং লীথাই ১, হৈ লৈ য়েক্লাং নাপী ধূপ থাংমৈ থাল্লগ মুরুম মুরুম শোনজিন্ন খুরুম্নরম্মু দক্ষিনাদি য়াগ্ল লৌইংদে লুপা ৫০ দগি ভাব য়ংদে হায়নৌ হায়।

ইকাই : ফরে লাংবক য়েংউব হাযবত্ত ভায়রে।

পাবরতী গনেশ মপাবুংগি কৃপা য়েংউনি। খুরুম্ন চংখি অনীদু নোক্লুব)

নিংথৌ : হা ইপা সোয়ারেন ইবুংঙো. ননাই ঐথোয়বু কবি শ চাউ হায়বগে? ইহৈ নিংথিন তম্ন ভমহৌদে, ইপা ইপুন কৈরাকম্নু থারমদে, থবক তচোইপা শুরুরে খুংম্ন মন নিংথিন পীবিদে শাওনীংতুন পেন্দব কয়া কাউব তনুব নেশা চাশিল্লরে, শেলদি মত্তিক চান থোক্কে, চাদবদি থাদে—নমথাক লৌনম হুব লাকপ থগুদে করিগুম্ন পাম্বেন হিংদব য়াখিত্রনে পাবুং ?

মীনাইন চিং মরূপ অমদি অথোব লিক্লী অমগ গিলাস অনীগ পুরকই।

মীনা (লি.ী থাঙ্গৎ লাগই, য়াইফরে লমজাশিংগি লুচিংব, নিংথৌশাবন

অংত : য়াইফরে!

(হৈরগ মখোয় মরী থর থর থকমিরৈ।)

নিং : ইপা োরায়েন খুরুমদি। (খুরুখুদক কুন)

ঙাএরবস্থু জ্ঞান তান, ঙাওদে লাইগি মিংদ লমজা ইনাইশা।

অাতে : ঐ হা–!

নি : হা ইপা ঃ রাবেন ইবুংগো! নমীং যা– পানবনিন নহা ক্ত উবিরিবো ননাই ঐখোযন অস্থুক নংলিব অরা অনা হাং কৈরিবসিবু ননাইখোয়গী রাল্লা নত্রগা সমাজগি মরাল্লা ?

মীনাই : ফন কম কৌহুন লাএখংতুন যেলবনি ইমু লাই উমং-লাই লাইশঙগি লাই মবুক ফব কযাবুস্থু থুরুমহুন প উথুম নিববনি। পুংকক চ'উজবাংজ পাযজ শান্নভৈদ। হংলকইব রাহংগি পাউথুম ফংন্রিব ঙ স ফাঙবদ।

মরুপ : হংউহুন কান্নদে লমজা ইচিন্নাওশা, ইমা ইপা অহল লমন নীংজব ইট্টেব কনানস্থু ঐখোয়বু মচা মশুনি মনাইনি হায়বত্রবদ, মীগি মচা নুজা শকহেনবী কনান ঐখোয়বু সঙ্গোন্দ য়োকচগে মচিঞ্জাক থাকপিগে হিঙ্গোলদ লৌবুক্ত সম্পোং খোইহনগে হায় বগদব লৈত্রবনি।

অখৌব : অহুনদি. হে লাইবক থীরব লমজা ইচিন ইনাওশা ! ইখুং ইখোঙ ইপাঙ্গল লৈজরিব ইবৌশিংসি লাবপ লব মুনব খঙদে, করিগুম পাইস্বেন ইবুক নবুক থন্নব শিঙ্গিন্নব ছারবনে।

(পুন্ন শকমিন্নও নট নত্রগ মোদর্ন শোং মান্ন)

কায়দে মরুপশা খিরুম্ন নোংথক্ত লৈথক্ত—,
ইপা ইপু মরী মতা মরূপ মপাংকনাবক্ত।
ফিংনব হোংনসি নখোঙন থাংজ, ইখোঙন চংচ
নখুংন খিজ ইখুংন ছুমজ।
খাজক্কুম্ন লৈবাক্কি রায়েল, কিবিক্কুম্ন রায়েন কাটি
লৌবিক্কুম্ন পাউমেন পাঙ্তাক খুম্নাইদেস্নু
মখোয়ন হা রি শয়েং ঙ'য়েল, রৌ ঙাক্রা—,
পেংবা থাবক কেক্রেক্ক কেক
ঐখোয় চাব কংজদে ঙখা ঙামহাই
উঙোংঙা ফ বৌঙা মুখাঙা কাংসোই
কয়ম্ন রাদগে অমত্ত ওইন ত্তিয়ব, নুংশিনব চায়ব
কাক্ক সাইরোংগ, চঙোইগ-লীনগা পুকখোনব শেঙ্গাওগ
চদংনব খোমীগ কায়দে মরূপ পাংদব ঐখোয়দি
লালহৌদোবগি, শরুক চংজসি ইবুংঙো মঙোন্দ
ম'চং নাইবিদব শ্রীকৃষ্ণ মচু অমুম্নাই রাজংদ
নত্রগ লোংলুরসি রাধাবিনোদিনী কুচু হেনবী
হেরোইনগি মৈখুরক্ক
জয় ওইরে জয় ওইরে রাধাকৃষ্ণন জয় ওইরে
মাইকয়ে শ্রীমতী মুম্নাই রাজংনা,
মাইফয়ে মবেম্মা অঙোবী হেরোইনগি মৈখুনা!

# দগচী মঙ

## মতাং—২

## (C)

নিপামচাই য়ুম, নিংথম খা, স্নুমং মাঙ্গোন্দ
নুংশা য়াহ হ্রারা শাার
ডোক্তর শেল (চৌকিদ ফম), মপা ইনাকখুন
( মোচাদ ফম) অমদি মমাশাবি ( মোডাদ ফম )

মপা : ইবুংঙো ডোক্তর, নিপামচাবুন চোইরোল পারে'ল লোক্লিবহৌবু ফরকখিনিকো?

ডোক্তর : ঐন কাপ্লিস হিদাকুন তুমহল্লগ হৌগংলকপদ ফরকখিনি। পরপ পরপ নিংথিন লাইযেংবিহৌ শেল পাম্মুবিগনু শাথীব লাইনানি, হু চারগ মঙদ নুংঃাইব শাব।

মমা : সরকারগ পীথোক থানাদ জেলদ ফাহন লাইযেংহনবদি কমদোব জাংনো ইবুংঙো। মহৌদি শেল ইতিং ভিংদব জাংলা?

ডোক্তর: নুংশিরব নচাহু মীঙোন্দ শিন্নবনিদনা করি পীজ পীথক তৌরায় থীন তৌবিরমগ্রা লুনা তৌবিরমগ্রা থানাদ জেলদা ঈশ্বরন থঙ্হিনি। য়ুমদ লম্লাই শেল খর ভিংলগ লাইয়েংজবন লুনা তৌবিনি, মতম চান হিদাক থঙদে অচা অথক থঙদে চেকশিনব হেন্নি থক্রাও?

মমা : মহৌদি চুম্ম ইবুংঙো নৈজদবগি খন্নব হায়হৌনি।

মপা : লৈতৃব য়াদবনি, শেলগি রাত্নু থম্মো ইবেম্মা মকুবোক ঐ লৈরিবসিদ্দি। ইবুংঙোন বৈ·ৌ‌ভ:দ য়েং হৌ বগে হায়বা ? থবক্তি চিন্ন উখেদো।

ডোক্তর : থবক |চিল্লিবসি কাকা শেলন কোকহনব ঙম্মি। ঐহাক হয়েং গৌহাটিদ ভ্রগ চাব তচৌ অশাং মচা ৪/৫ থক লাই-য়েংব চংচক্লনি। হয়েং হংচিং মশেম ফাওব লৈরক্নি, মরৌ ইম্ফালদ হক্তরকনি, অহ্নগ হেক্ত য়েংব হৌভগে।

মপা : লুপাদি কয়ামুক চংব য়াই ?

ডোক্তর : ফিভম ফিভম্ন পুই কাকা। ইবুংঙোগিদি য়াম্ন চংহল্লোই, লুপা লিশিং ৫ দং থোরাং তৌবিয়ু। ঙসিদি ঐ হক্তরগে, লাইয়েংশঙ্গদ মী য়াম্ন ঙায়নহৌরি।

মপা ১০০ চংপি ১ পীরগ) : রারৌব য়াদে সি পায়সিনবিয়ু। গৌহাটিদৈ হেক ঁোরকপগ লাইয়েংব হৌবিরো। শেলহ্ন হেক্ত থোরাং তৌভগে।

(ডোক্তর চংখি শেল লৌরগ)

অশাই অয়ুক ঙল্লিঙ্গদ মাইবী শেল হুল্লুনি চংলুবহ্ন করি হায়রকপগে ?

মমা : কয়া চুম্ফাংতব মাইবী ওইরমায়ে, অওকপা রা অমত্ত হায়রক্তে। কন্ন নায়ে ঙাও কৈন হেলোই ওক্লবনি, নোংমাইজিংদ মী অহুমগুবন কামিন্নরগ, শাঙা অহাওব, চীংফ থাংজেং নমথাং কথোকউ, চীংমী ভগোই মভেক অম শামিন্নরগ খুরুম্মু- হন্ন য়েংদন হহকউ হায়রকই।

সিবু অঙকপ ৱারাও কনা হৌরগ কামিন্নরু-গে ?]

মপা : থাবু থাজরবদি কাক্লব য়াই কংলুব য়াই। মী লৈনি শেল পীরগ মথৌমা লৈব নেকপ ফংনি। ফংদ্রগ ঐগ কাক্লব য়াই, ইমাক ফনব থৌবু তনব য়াত্রা ?

(শাকবী,পার্ব্বতী শাবিন মাং থা বিস্কুইট মপুন অম পায়. মতুংদ ইকাইথবীন মাইবী মান্ন ফিঙৌ ১ ইন পুঙৌ ফনেক অম শেং লাকই।)

শাকবী ; ইনে অনাববু কদোমদ লৈবগে ? থর করে হায়বদি মীঙোম্দগি তারে. হুজিকপু কদায়দ লৈবগে করম তৌরিবগে ?

মমা : ইবেম্মা নঙ লাকইত্রা, লাও ফম্মোবাও।

( মোড়া থা কমহল্লি ২ হু )

নবুংদো, মমান্নব নিংথৌশাবগিদা লাইথুরুম্নি হায়তন নোংম অহিং লেকপদগি অহুম লাইওক তান্নোকতুন্ন হিপথ্রিবনে. চোইরোল পারোলদ লোন্দুন লাইঙং খঙদে

শা : হুজিকপু তাধন নিংথৌশাব লাইশ্রবগি ময়ুমদ অহুম লৈরিত্রাও !

মমা : লৈরিয়ে।

শা : ঐগ লামমিন্নরিব ইমান্নবীসে

(থুং হং কৌথোক থর চংথোক্লগ লোন্ন ভাংবৈ।

য়েংবিয়ু য়ারবদি য়ান্ন চুম্মী হান্নব, শেল থন্ন তিংলবম্ম তিংন অনাবগি লাইওং খঙদ্রিবসে মঙোম্দ হংসিরাও ? চুমদি

চুমদি চুমথ্রপোংনি ইনে থাজদব তৌনু !

মমা ( ইকাইথীবীদ ) ইবেম্মা ব্লারৌব য়াদে, ইয়ুমদ লাব্লগ হয়ব চায়বহু থোক্রে , ইনে চা লোল্লুগে , নবুং ১ মফম মরাং খঙদন মরোল লৌফম খঙদন নাব্লিবদে৷ খুত্তম অমত্ত য়েংবিরম্মুনে কৈদৌরগা ফদগে খঙনব !

ইকাই: ইতা শাকবীন হায়জিল্লিব ওইব্লিনি কদায়দগি হৈজপোং নক্তে ইনে ঐদি।

শাফবীঃ কৈদৌগে ইভা ভহাক্ত য়েংবিরম্মু. দক্ষিনা মতিক অহুম চান তৌজনি। সনামহিদ করি করি কংলগা তৌব য়াব থৌস্নু থর মতৌবিরম্মু। মচা অমত্ত পোকপনে য়াম্ন লুনা তৌব ।

ইকাইঃ ভকত্রেদা ইতা নঙসে. থবক অম চংমিগরুসি হায়• ত্থন প্লককইবদি অশিগি হইরে. ঐ ভাব তারে হুজিক্ত । ওন্থোক্ল লায়ন য়োল্লম্মেদা ঐথো ।

মমাঃ ইবেম্ম ব্লারৌনু নঙনা হৈজব খঙজবদ করিগুম্ব ঈশ্বরগি, কৃপা লৈরবদি অমুক্ত য়েংবিরম্মু , মুংশা থৗরহন ভাওখিদ্রা ফৈখিদ্রা কিরহন তৌরবনি। ধর্ম্ম নি ইবেম্মা দক্ষিনাস্নু তৌজগে অযাঙ্গ ভমদ্রবস্নু ৫০ দি পায়শিনবিয়ু ।

ইকাই: অমুক্ত ভায়বখো, চান্নন হেক্ত হায়রিবসিবু ঐবু করম্মো খঙদ্রে । হা ইতা ?

শ কঃ ভহাক্তং য়েংবিরম্মো ইতা কৈদৌগে ?

করিনো পোং চৈ চঙ্গদব কদায়দ করম্ন খুরুমগদবনো তাকও।
ইকা: লা লাতোন মচা অমম্ভং হেকপিরু , লৈমচু অনিদংগ, চেং মেরুক অমরোমগা। লুপা ৫০ চংপিহু চেংহুই মথক্ত লাতোন্দ হাপলগ মমা ওইরিবী ইনেনা থাদবিদোব নি।
শাফবী: কদায়দ খুরুমদোবনো তুলশীবুংদ্রাও?
ইকাই: তুলশীবুংদ নত্তে, সনামহী কাচীন্দ ব্রাই খুবাকমুক পাক্ত তৈথোকপিরো, ধুপ থাংমৈ য়াওহনবিয়ু।
মমা: অহুদি ঐ লাংউরগে, সিদ ফংবপোং ভাক্তনি। কদায় ৫০ চংপী চেং মথক্ত হাপ্লবহু পায়খ্রগে। (লৌখি)
ইকাই: কাকাগ ইমুংসিগ করি মরী থোক্লবিবগে?
মপা: ইবেম্মা, না রিব নুপামচা হায়বসি ঐগি ইমাক্লি, ইচানুপী অমত্ত ভায়জবী মমাস্থু লৈখিদ্রবীনি। নুপী হুজিক চং-খিবিহন ইমাকি মমানি, মহাক্লিস্থু নিপা লৈখিদে। মহাক্ত লুখ্রা ঐন পাগ্রা, ইবুক্তি শেংনখ্রব।
ইকাই: কাকাগি খুবাক ময়িহু হায়রপ্ত য়েংজগে, অমুক্ত তিং-থোকপিরকউ (তিংথোক য়েংলগ) কুমসিদি পুক শেংনরি, কাকা খর চেকশিনবিয়ু নোংমৈদি পুক মাংনরক্তদোরি।
মপা: (খুবাক শং লোংলগ ইকাইন) অওইত্রনে। ইবেম্মা
ইকা: শোইরোই কাকা শেলস্থ খর চংখিদোরি।
মপা: য়ুম কদায়দ লৈ ইবেম্মা? অমুক্ত কুপ্ন খুবাক ময়ী য়েং-নীংইদা।
ইকা: খুরাই লমশোং উম লাই অমা লৈবহুই মনাক্ত হংবিরকউ

ঐবু থঙদব য়াওরোই।

শাফ: মমিংদি লৌরেম্মম নিঙোল ইকাইথবী হায়তুন খিবিয়ু।

মপা: নত্তে ইবেম্মা, ইবুক মাংলক্লনি হায়বসি খুবাক ময়িন তংক্লকইবনিনে?

ইকাই: খুবাকস্তু পুক্লিংস্তু মপু অমত্তনিন

মপা: থা কয়ামুক্তি রাংলি ইবেম্মা?

ইকাই: য়াওশঙ মৈ থাগ্রব মতুংদদি কাকা মীন রা রা নোকুরা বৃন্দাবন্দ লেংখো।

(মমা থোরকই')

মমা: ইবেম্ম, ইমুংদ অমুক্ত লেংশিল্লসি থৌরাং লোইরে।

শাফ: ঐখোয়ন য়াওন চংসিরাও ইতা?

ইকা: অতৈ য়াওবিনু ইকাইজে ইনে ইথাম্নিদ হোংনজক্লগে?

(অনীহু চংখি)

মপা: কনানোনে নঙ নতাসিবো শাফবী ইবেম্মা।

শা: য়াম নুংঙাইগ্রবী হৌদোং তুমিন্ন লৈবন চক্ষু ঙম্বী জাংনে। মাইবী ওইন চৎপদি ইকাইব শেল পামদবদি নত্তব চুমদবস্তু নত্তব।

মপা. মশক্ত মশক ফঙরিব, রাহৈ রাভান নুংঙাইরবা। মরাইবক ফৈ মাবু লৌব নুপাহু কল্লকই, সত্য চহিসি ১০/২০ দং বন্ধান থমদোকপ য়ারবদি থঙদোবনি।

শা: ময়ুম পান্দ্রিবী লৈশাবীনে মাম।

মপা: করিদগি হুজিক কাওবদি খল্লিব জাংলা?

শা: মঙ্‌' মমান্নব নহানদি য়াম্ন হায়রৈ শিংলৈ অদুদ মানদি
ব্রা খঙদব মমীং য়াম্ব নহাদি পামদব।

মপা: নহা মান অইল পম্মিবদি করিগিনি হায়গে?

শা: অহলদি শিঙডি, ব্রা খঙডি, শেল পাম্মূদব ঙম্মি মহাক্ল
শেল পাম্মি। অহুন নহাদ ময়ূম পাল্লোই, অহল মরল
লৈব থিরিবনি।

মপা: অহৃদি শনা ইবেম্ম মশি ঐঙ্গোন্দ
পীরোনা শনা মোহর কয়া চংদগে?

শা: শনাবু তাঙঙেদা মাম।

মপা: তাঙশন্নু, মঙোন্দগি হেন্ন তাংব অহিংব লেপ্পব ঙইরবদি।

শা: মথংগি নোংমাইজিং ফাওব ঙায়ব ঙম্মখিদ্রা মাগ রারী
শানব?

মপা: য়ারবদি কুইথবিরন্নু নিংথম থানি।

শা: কুইথব পাম্নিদ্রবদি মাগি মহুংত অতোপ্প অম

মপা: অতোপ্প হায়বদি?

শা: অতোপ্প মহাক নত্তবদি শিস্নু য়াই অমস্নু য়াই।

মপা: অওইব্রনে সনা?

শা: মতম্ন নি তামো। (মপা ন্নুংশা থীন হোল্লি) (ইকাই-
থবীন মাং থা রারীশা থোরকই)

ইকাঈ করিমত ন্নুংশা থীবিন্নু ঈনেস্নু কাকাস্নু। মহাক্ল য়ান্ন লুন
নীংজরিব লাই অরাওবত্ন চাউন অমুক্ত শেল খর চংলবস্নু
ঈশে জগোয়, মহীমৈথু পেন্নব কংথোক খুরুমহনবিয়ু
লাকইব নোংমাইজিংদ মথংগি নিংথীকাবদ ঐ লাকচগে

হেলোই অমন খুরৌ চল্লিবহু তাম্বোক্লব, অথুম অহাও মতমগী ফিগে ফিনান খর থাদোক্লগ মরাইন চৎচখিনি

লাইনিংথৌ শনামহিন নুপাশিবু য়াম্ন কুপ্প শেন্নবিরি, থাজদ্রগ মতমগি ডোক্তরগস্থু মতান্নবিয়ু । করিস্নুদি তৌরোই ।

মপাঃ য়াম্ন নুংঙাইরে ইহেম্মা, ৫০ শিগা পায়শিল্লু

ইমাঃ করিনো শেলদ পংপিদ ( লৌশিল্লি )

শাঃ লৌশিল্লু ইকাইরুন্নু, পীগনবানি, হয়েং তুংগিস্নু লৈরি ।
( নোকমিন্নে ।)

মমাঃ ইবেম্মা, সনামহী মমাংদ কৎলিব চেং-য়েঙ্গাং শেলশিংহুদি ?

শাঃ ঐ থিঙ্গরুগে ইনে, খর পুথোকপিরকউ ।

ইমাঃ নণ্ডবু পুব ইকাইরোইদ্রাও

শাঃ ইকাইবন পুক থনব্রাও ( নোকই )

( লাইতং ১ চেং য়েঙ্গাং শেল হাপ পুথোরক পীরে, পার্ব্বতীন মকোক্ত থোঙ্গৎ পুখি )

মমা : নুপী মচাসি মাইবী ওইদৌরি, য়াম্ন চুম্ন ফাওই মান হায়বশিংহু থাজে ।

মপা : মসি নুপীমচাসি ফাদব য়াদে , ঐ লাকইব নোংমাইজিংসি ময়ুমদ চৎলুগে । মহাক্ল ঐবু বৃন্দাবন্দ চৎলুকাস্নু হায়রম্মি ।

মমা : মথোয়শি তৌবদি খর ঙস্বজাংনি । লৈশাবি ঙাক্তনিনে ।

মপা : মতম্ন থারকপ অবতারনি ।

( য়েং লৈহৌই )

— + —

মতাং—২

(D)

মহাদেব খুরুমশঙ শঙ্গোই ।

(মুংদাং)

মহাদেব গনেশ ন চিংব লাই অয়েকপা লাংলি, মমাংদ হৈরুক পান তাঙ্গ, অহাও অথুম য়ুবী, কন্বীদ শিন্দুর ধুপ থাংমৈ থাল্লি । গঞ্জা অশেন্ব কানী তিক্রা রাকতং. হেরোইন চুরুট, লিক্কি গিলাস ৫/৬ থরুব থেন্দুন লৈ ।

মনাক, মেজ অমদ থরু চানব চা বোরা কংঙৌ, ঈশিং জার গলাস খরম্ব লৈ, চা কেটলী, লিক্কীম্ব টেবিলদ থম্ব উই ।

লাইমাংদ লাইখুরুম ফক মচা থারগ নিপা মচা একটারী অঙাংব ফিশেং শেং মোজাফুরিং অহনব লিং । ফিঙৌ ১ শেংন ইন, মখুং লোন্ন ফম্মি

গালিচা ফিদা মথরু মরুপ মপাং ময়াম নুপী নুপা ঈশৈ শরুব যন্ত্রগ কোন্নন ফম গনেশদেব অমদি মহাদেব খুরুম ইশৈ শকই —

নিপা : ওঁ গনেশায় নমঃ ।

ওঁ মহাদেবায় নমঃ ।

(ইশৈ শরুব মখুংন ই ঙ্গং তৌই)

ঈশৈ :

খুরুমজৈ ইঙো মীয়াম্বু কোনবিব

গনেশ দেব ।

ৎয়থাই থিঙ্গাই খিবিক ঙাকপি ঙম্ব
শামুরাই ইঙো।
লফু লতং লফোই লফাং খরদং
কচ্চরি চরন্দা
লোইনন লৌবিয়ু অমুম্না মতুম
কেক্রু মরু মুক্রুং
জংগোই ইশৈ হৈজব মডেক খরদংস্নু
কচ্চগে নমাংদ
মীংয়েং তাবিয়ু খৌজালবিয়স্নু
উত্তীন শাদোংবা
জৈ গনেশ, গনেশ, গনেশ দেব !

(মথংদ মহাদেব খুরুম্মি)

আইলোয়ে ত্রিনাথ ঠাকুর জগতে
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর অমত্ত ওই
মীশেম মীয়োক মীহাং ঙম্ব
মনাই চানব লাইয়াম শুরে।
খঙজদে হৈজদে লৈসি লৈখোনব
মপু খল্লরুব চীরোল হৈজদব
মীরেম ক'ঙখ থাং মীতোকচাক ঙাক্কি
ঙাকপিয়ু অশোইব, অরাল অহুই কয়া
নেশা চাদন হিংঙমপ্রব শিক্রুখাক ঙাকনি
পীবিয়ু রাংতন মহী মৈথু অমুখি অঙৌবি

চংহনমু লাইথুং তীম্থুংদি অকি অখং
অশিরাই মনাই।

জয় ওইরে, জয় ওইরে পাবর্বতী নাথ
শিব শমভু মহাদেবন।

নুপী মচান চা য়েল্লি, মহী শিক্লীদৈ হৈরগ য়োংপ য়াওই: কানী ব্রাক্কং পায় থকপ য়াওই, নিপামচাম্মু হেরোইন মৈখু চিংব কাংবুগুম বালভুক খর মনাক্ক থম্মগ চায়।

নিপা: মথংদ ড্রগ ডান্স অমত্তং কংসি নুপী ২, নুপা ২ না শাব ইংন কিন শোয়ন শাব শ্লো মোদনদা করিগুম্ব জগোই মখল ১।

(লৈম জগোইগুম্ব নব্রগ চালীগুম্ব)

নিংথৌ: হন্দক্তি কনা কনানো থোরকউ কিদলাম ডান্স শাসি।

(৪ নব্রগ ৬ না শাব)

অথৌব (হৌগংলগ): নুংশিরব মরুপ মপাং! ঐখোয়বু স্মুম হায়ন স্মুম নেশাদ উং মীখা পোন, অহল লমন্দ মীরা তাহন তাইবং লানফমদগি লোয়চেন, লিক্লীগি মরুমদ ব্রাক্কংগি মৈখুদ থুপ, লৈবাক খুন্নাইন চৈতম ওইনব হিংখিসিরাও? নেশাসিবু থাদোকপ মঙম্মরোইদ্রাও?

কাংবু অমন শকই:

গঞ্জা কানী য়ু হেরোইন
নেশা পুম্ব থিংবগি মথৌ তায়।
অয়োনব মীবুম্মু ফাবিয়ু—

অরৈব মীবুস্নু থিংবিয়ু—।

অথোব : করিগিনো হায়বদ নেশা চাব মহারোল কয়া মরলস্নু তিংলগ মশাস্নু মাংজব, থবক শুনীংদব তনব হৈনব কয়া কয়া উনরে ঐখোয়। মমা মপাদ অরাব ইকাইশ নংহন পুঙমদব পোংলুম পোহল্লে। মসিবু নিপা মচা ঐখোয়গি ইতিকচাব থৌদাংলা ?

অতোম্বা ১ : মহৎ নতুন খংন চৈনব হাংন শুনব, লমজাওদ থোকপ এক্সিদেন্ট কয়াস্নু নেশান মথৌশংব ঙাকুনি। অস্নুক তমথীব নেশাবু য়েক্লুবনি খঙদব ঐখোয়মুক পঙব কনা লৈদগে তাইবংনিদা ? খিংসনু নেশা. সমাজগি মথৌনি শাওনগুমসি ইচিন্নাও মরুপ মপাং।

(কাংবু অমন শকই)

থকচসন্নু চাজসন্নু মরল লৈবশিংন লৈতব ঐখোয়ন খিংলুহুন কান্নদে ! থাইনদৈ চানরক্লি থকুরক্লি নেশা তাইবং মীগি অরা নুংঙাইদ হৌনশা।

মীনাইশা : করিগিনো হায়বদ মবুক ফাব ঙমদব নহা খরন হেন্না থকচিন চাশিল্লুবদগি লমহেন শাজং কয়া চংলকই, ইকাই ইকি খঙদন অরানব থবক কয়া তৌরুহুন লৈবাক য়াথোক ওইরকই। থকসি খাসি খঙদব মবুক য়ারকুব নহাশিংবু খিংবিয়ু। থরণি মরালদগি মী কয়াগি মনাং ময়াই কারগ নুংঙাইবদো খিংবিব চুমদে বৈঙ্কবশিং পেন্দবন থল্লব তাইবংল।

থিংবিন্নু নেশা মরাল নৈজদে,
মবুক ৱারক্তব থরগি মৱালনি।
গাড়ী মহুঙাওন মী থর তকখি,
লমজাওদ গাড়ী পুস্ব বন তৌসিরা ?
(খরন' খুবাক খুই)

অথোব : চার চারগ চানীংহন,
থক্ল থক্ল থক্লীংহন,
ছনি তাক্লে নেশা
শুমহৎ হৈবী বেশ্যা !

(শ্লোক) : নৈত লায়র অনা অয়েক তাইবং পোৎলুম পো.দ.
নতেং পীবিব মরুপনি,
থোইদোকপ অমাং অতা পীবিদন
পেন্দব কয়া কাউহল্লি,
অরাব পোক্ত'হল্লি খঙরু,
নেশা ইবেস্মা নঙবু, মৌ অনৌবীগুম—
আশা কয়া তৌনরম্মি, পাংদব কয়ান
ছজিক্তি হকচাংন কেমশিল্লক,
শোল্লব থমোইন থক থক নিকশিল্লক,
থঙজরেদো বৈতরনী তোর্বান্দ য়ৌরক্লে—
নেশা নহন ঐবু হিংন হিংন চারমানে হিংচাবী
চার চারগ চানীংহন,
থক্ল থক্ল থক্লীংহন,

ছুনি ভাক্তে নেশা,
শুমহৎ হৈবী বেশ্যা—।
(অতৈস্মু মতেং পাং য়াওশিনব কৈ)
খায়নরসি নেশা ঙসিদৈ—
হিংন হিংন মীজাবী হিংচাবী,
নশুং লাংগি অহল লমন ইমা ইপা—
ওজা গুরু খুম্নাইবু নমথাক লোনম কয়া
ভোরম, চংনরোল আইন কানুন কয়া
থোশাদন, নঙদন চানবিনব শেল মাংহল্লুব —
ইজং য়োম্থোক্লু বদি অরেম্ব বৃথা ওইরম্মে,
লোনম্বী মীহাংপি, নঙদি নুংশি খঙদবী—
লমশানি।
চায় চায়গ চানীংহন —
থক্ল থক্ল থক্লীংহন
ছুনি তাক্তে নেশা,
শুমহৎ হৈবী বেশ্যা=!

(ময়াম শকপ,)
খায়নরে নেশা মীজাবি নঙ ঙসিদৈ,
উম্মমনুচিকো অমুক নমথাক হৈবী।
হে মহাদেব ইবুংঙো—
ননাইশিং পাংদব ঐখোরদ

পাঙ্গল পীনবিয়ু নেশা থাদোকপ
ঙমজনব। মজাইবুংঙো গনেশদেব
মীয়াম্বু কোনবিব, গনতন্ত্র য়োকপিব ঠাকুর!
সাক্ষী ওইবিহৌ ওক্তবী নেশাগ খায়ন ৱারোই
নুমিৎসি দ। লৈবাক মীয়াম্ হায়নবে—
কিনরে: এখোয়বু কুইররোই শিংরনি,
মমি শান্মে মঙাল য়াঙদরে করয়ো!
চার চারগ চানীংহন
থক্র থক্রগ থক্রীংহন
হুনি তাক্কে নেশা,
শুমহৎ হৈবী বেশ্যা।

ময়াম শকমিন্ন লোইশিল্লে খুবাক, খু মান মান পাম্ব খর খর অমুক থক্লরে, চিংনরে ফৈরেং য়ুরেং চৎন, ঙাংবগ হন্নখরে ময়ুম ময়ুমদ—।

নিপা মঙা নুপী মচাম্সু করিনো খর চার থক্রগ ৱারী শায়—: লাইমাংদ ফমুং ১ নিপাগি, নাকন্দ অতোপ্প অম নুপীন হিপ্পব—।

নুপী: ঙসি অহিংসিনি অরোইব অহিং, নেশাগ খাযনব তারব পেন্নব থকপিহৌরো চাবিহৌরো। সুম চাথবিবিগে হায়ৰগদি ঐ হয়েংদৈ ইপামদ চৎলনি নেশা পূজা তৌব য়াও ররোই।

নুপা: ঙসি অথেংবদ ঐগি ইবুংঙো মহাদেব অমুক্তং কৌরগ

বিদায় লৌখিগে। থকখোরা তোকখোরা হংখিগে। অহুগ হয়েং অয়ুক ইমানী বিদায়বু তৌনরবস্থু পুন্নবু লৈমিন্নক্রুরবস্থু নেশা থাদোক, য়ায়েপ অমতা'স।

লুপী : নখোয়গি নেশাসি ময়াই কয়া কনবজাংনো অমুক্ত চিংতুন য়েংগে। (কোনী অমুকতং চিংলগ করিনো খর চা ঙাওব শা হৌগং হাকজব হোং উইক্রুম উক্রুম তৌ মাগি হিপকমদা হিপখি।)

লুপা : (কমুংদ কম পম্মাপন্দ লাই নীংই)—
মহাদেব ইবুংঙো—, শিবশঙ্কর ভব ভয়ঙ্কর—, অমুক্তগ লেং-লক্কুন ননাইদ দর্শন পীনবিরো। (উইথখি, খর নাখোক মনাদ তায় অরাপ্পদৈ শকপ ইশৈ :—

পেন্দব কয়া কাউহল্লি
অরাব পোথাহল্লি থঙাক্ক
নেশা ইবেম্মা নঙবু মৌ অনৌবীগুম
আশা কয়া তৌনরম্মি পাংদব কয়ান।
চুজিক্কি হকচাং কেমশিল্লক

শোল্লব থমোইন থক থক নিকশিল্লক
থঙজরেদো বৈতরনী তোব্বান্দ য়ৌরক্লে
নেশা নঙন ঐবু হিংন হিংন চায়মানে হিংচাবী
চার চারগ চানীংহন,
থক্র থক্র থক্লীংহন,

ছনি তাক্কে নেশা,
শুমহৎ হৈবী বেশ্যা।
(তান তান শাংদোক হিপখি, নাখোকখি।)

অকিব খোঙ্হোক মকু খোংব নোং খাক খোংব নোংমুংশিং মখোল খর তায়। খোঙদ কাক কাক খংলকই ত'লক।

নিপা (হিপ্ল হিপ্ল মমাঙদ): কনা ওইরবনো করিগিনো ঐগি ইবুং-ঙো শিবশমভুরা, পার্ব্বতীনাথ.

যম (ডোক্তর): নত্তে. ঐ ডোক্তরনি. নঙগি নশাদু চেক অপ ভোগে লাকপনি। কুমসি নীংথম থাসিদ বৃন্দাবন যাত্রা কংব যাত্রা বস চংলিঙৈ য়াওহৌরো হায়দুন লাকপনি।

নিপা: লেংসিনবিরকউ, য়েংবিরো।

যমন লুহুপ লাইমান মচা ১ উপ ডোক্তরগি uniform শেং stathuscop bag পায় খমুং কিকোইন Nurse গি uniform শেং মরাইবক্ত লংত্রিক লংব বিন্দী অম নম 1st Aid box পায় ইল্লকই।

ডোক্তর: মসি অশিরৈবাক্তি নর্জ খমুংকিকোই হায়দুনি. মাবু নাঙ্গ নুপীসিগি হকচাং চেক অপ ভোইনগে। (তৌক্রনব ইঙ্গিং পিবদ য়েংখি মমীং ময়া ফাক তুম্ব কায়দনা) অহুগা ঐন নঙবু য়েংব ভারি কৈদৌঙৈ শিরদগে হায়দুন। ঐহাক অশিরৈবাক্তি Medical Departmentকি Head Chief Surgeon নি।

নিপা: য়েংবিয়ু সার। (য়েংহল্লি)

(মপান্দ—মী খরগি কপ্প নাহেব তায়)

কনা কনা মপান্দ লৈহৌবগে ?

ডোক্ত : (য়েংন য়েংন) : নঙ্গি লৈফম তাকপ লাকপ নহা খরনি নমান্নব মরূপ ওইরম্ব য়াই নিংথম থাদ য়ৌগদব বস ছুজিক থারনি মহুদ য়াওহল্লগে মখোয় দ্রগ চাবশিংনি মখোয়সি মতম লোইশিল্লক্লে। চাক তিংদনব পুখিগ্রগে তৌবনি।

নঙস্মু Heart ফজ্রে Lungs কাহংলে, Liver পথরে তল্লে। মখোয়ন চংলিঙৈদ নঙস্মু য়াওহৌরো, খোঙবু ওইহৌরোকো ?

নিপা : কনা কনানো মখোয়হুবু অমুক্ত উন্নজব য়ারোইদ্রা—চীফ সার্জেন ?

(চৌকি অমদ সার্জেন ফম্মি। নর্জন—)

নর্জ : মসিদি ফিট ওইরি, হিংব য়াথিনি।

ডোক্ত : য়ানি, হৈ মপান্দ নাহেরিব দ্রগচাবশা ইমুংদ চংলকউ বিদায় তৌনরো য়ানি

মরুপশা, মীনাইশা, অথৌবশা নুপী অমস্মু অনাব অশোনব শক্তমদ ইমুংদ চংলকই।

(তপ্প হৌগং মমাঙদ ফম্মিব নিপামচা উবদ)

ওনা : বোক্ক,— নঙস্মু ঐখোয়গ খোঙবু ওইন অশিবৈবাকি বস্ত ভোংব তারব্রাও ? য়ারবদি লৈহৌখো ভায় হায়ঙচংচহুন য়েংউ। (কপ্লি কপ্লি) ঐখোয়দবু বানোশ্বিনব সঙ্গা লৈজদবন

চৎপ তারে। বন্ধুগি মরূপ মহাদেবদ হায়জ মতম থরগ শাংথন হিংনব হোৎনবিহৌ। নঙবু ভায় শিনীংলত্রাও?

নিপা : কনান শিনীংঙুগবনো ভায়। নখোয়বু নশান য়ান বসকি টিকেট কক অশিরৈবাক চৎতৌরিত্রা?

মীনাই : কদায়দেনো ভায়, শিনাংব কনা য়াওগদগে?

২ : শিজনীংদে ঐখোয় শিজনীংদে—শকখঙদ লমচদ চৎনীংব কনা য়াওদগে? খঙন ‘চায়ব মরূপ মপাং, লিক্লী রাক্তুং মহৌ মৈথু থায়ননীংদগে কনানা?

নিপা : অহুদি ময়াম চং, চীফ সার্জনসিদা অমুক্তং থরাই শোক্ল কপ লাও হায়জ চৎচহুন য়েংসিরা?

৩/৪ : য়েংগদবনি, শিদনব হায়জববু তনব হৌনত্রাও?

নিপা (নোট শকপগুম) : পুক্সিসিদ মুংঙাইবগি শরুক্ল মেরুক অমদৈ হেম্র ফংদ, অরাব শংবাইহু পুব ঙয়ব নেশা চাব হৈন-জরুরে অপঙব ঐখোয়।

অতৈ : অশেংবনি সার, অওইবনি সার।

নিপা : হুজিকতি থর থর হেক্সং হাকময় চাক্ল থক্সুবগি হকচাংসে হিকথরে, ইন্দ্রি খুদিংমক মথৌ মথৌ থা—পুব রারে, হায়হুন ষ্ট্রাইক হৌরক্রে।

অতৈ : অশেংব ঙাকতনি সার অওইবদ হক্সৎপনি সার।

নিপা : মরোই লৈকাইন উনরে ঐখোয় শকতম শাজং হায়নরে থবাক টৈ কুইররোই মমি শাম্মে মখোয়সে, মীহিংবু নমদে। মীন ঙাংনরিবসি চুম্মত্রা খম্ব মুংশেলদ য়েং রাখল তৌবদ—

ইমাংদ উরে বৈতরনী তুরেল—; শিরগদ্রা কিবন থক থক
শিক্ক ব্রাহ্মনরে।

অতৈ : অশেংবনি সার, অওইবনি ডোক্তর।

ময়াম পুন্ন শকই :
শিজনীংদ্রি ননাই ঐখোয়
চহি ১০ দং ছুটি পীনখো—।
মতুংদ নেশা চাজররোই—
খিংভং খিংভংদৈ পুমতোক তোকচগে।

করি হাবিগদগে করি ফানবিগদগে
মতোংলা মপণ্ডলা মহীরা মৈথুরা
অপাম্বদ তাকপিয়ু অশিরাই ইবুংঙো -
কচ্চগে চরন্দা অত্তম্ব পাম্বিন—।

শিজনীংদ্রি নহা ঙাক্তশি ঐখোয়
শেংনীং চানীংব চিন্নীংব শিঙেল
তোংনিংব কার কানীংব দলাল
অমত্ত থুংজদ্রি কাঞ্চথাং ঐখোয়।

চানবিয়ু ডোক্তর অশিরাই ইবুংঙো
চহি ১০ দংদি তারিখ য়ৈথোকপিয়ু
মরকসিদ থাজিনহৌগে যজ্ঞ মৈন্নুংদ
পেনব নাইনদব আশা নেশা—।
(ছরীক খিংব বস হোন মখোল তায়)

ডোক্তর : য়াদে কান্নরোই চংসি, হিংবদ মতিক চাদব শিক্রুথাক

ঙাক্লি নখোয়। নখোয় লমসিগি হায়জ চৎচ চীয়োল থ'য়োল শেঙা গুমজা ঐখোয় লৈবাক্ত চৎনদে। বস থাদোরে, ছয়ীক খিংগ্রে—চৎলু নংহৌরোই য়ার্নীং পীগ্রে—। পুম্মুন পুব পামত্রাও?

(মরীহূ পরেং লেংই কি ন—তম—)

নখোঙ থাংউ চৎলো—।

(নোংথাকপ—মখোং - নোংথাল মঙাল ভায় উই, থোঙ গে হাং মহাদেব ত্রিশুল পায়—পার্ব্বতীন শম পুরগ চংলকই।

মহাদেব : করিনো—? কনা কনানো? কৈদৌনয়ে?

(মখোঙদ তু মরীমকতু মহাদেবদ থুরুম্মি)

নিপা : ননাই ঐখোয়বু অশিরৈবাক য়ৌনব বস্তু কাখৎলো, হিংবদ নতিক চাদে—তাকপিরে—ডোক্টর সার্জন অমগ নর্জ অমগন য়াররোই হায়বিরে—। ননাই ঐখোয়বু চহি ১০ দংদি হিংজখিগে কৃপা তৌবিয়ু।

মহা—ঙাইখো, ঐ ঙাংনহুন য়েংগে।

(মনাক চংখি)

হেলো—! ডোক্টর চীফ সর্জন।

ডোক্ট : হেলো, কমান্দর ইন চীফ।

মহা : কানা কনানো অশিরৈবাক মমিং লৈরে। হায়্রিব অনৌব সিটিজেনশিংহুবু?

ডো : (মথুবাক উৎ) : স্থুরাইদৈদি মিস্টর নিপামচা, মিষ্টর মী·

নাইশাব, মিস্টর অংৌবশাব—অমদি কুমারী ইকাইথবী।

মহা: মখোয়গি করেট্টর রের্কোদ য়াওবিরিব্রা?

ডো: রের্কোদতি বস্ত লৈহৌই। চাউরাক্ল ঐন খণ্ডবদি নেশা চাব ফত্তে খণ্ডন খণ্ডন হাওই মুংঙাই থকখিনি, অরানব পাপ্নে কয়া শিজিন্নহুন, মমা মপা মরা মতা খুন্নাইগি য়েংদন ঙাওরগ পঙথরগ তম্ন পুন্সি লেন্নি হায়ব ঙাক্ত। মখোয়সি ভাইবং পান্দ ব্রারক পিনব লৈত্রে, খুন্নাইনস্থ ব্রারকপ ঙমদে, থানানস্থ ফাব ঙমদে। মখোয়সি ঐখোয় লৈবাক্ত ব্রারকউবন ফরনি।

মহা: ঐহাক মখোয়সি অমুক্ত ব্রারক্তন য়েংলকখিগে চহি খরদং থম্বিরমখো। ঐহাকপু থাজব নীংজব ভক্ত ঙাকতনি।

ডো; Very Sorry. মর্ত্তগি হায়জ চংচবহ লাইরৈবাক্ত অশিরৈবাক্ত চংনদে ব্রারৌবিন্নু মহেশ্বর।

মহা: থাইন, সাবীত্রি সত্যবানগি ব্রারীপ সাবিত্রীন হায়জবদগি শিব য়ানব নারব সত্যবানবু করিগি থাদোকপিরম্বগে?

ডো: মহুদি সতী সাবিত্রীন মপুরোইববু লুন সেবা ভৌবগি থাদোক্লম্বনি।

মহা: নিপামচাগি মুপীনিস্থ মপু লুন নীংবীনি, মহাকপু থাজদবস্থ ঐখোয়গি পার্ব্বতী য়াওন দায়ী পুহনগে ঐবু গঙ্গা থকই হায়হুন থাজবিত্রস্থ মখোয় ৩।৪ সি থাদোকপিরম্মু ঐ জামিন ম্নাগে মতম থরগি মঙুংদ নেশা থাদোকহনগে মশা ফগংহনগে।

ডো ঃ ইবেম্মা সতী পাৰ্ব্বতী ঃ মথোয় পাবুংন তাকপিরিবসিদ তেংবাংবিব ওস্বিগদ্রা ?

পাৰ্ব : থাদোকপিরম্মো ডোক্টর সাহেব, ঐ য়াওনা মথোয়সি লাই-য়েংজগে ?

ডো : অহুদি অনাবশিংসি মবুক চপ য়ুংন নেশা থাদোরগে থল-হনবিব. অহুদগি হন্থ হন্থন চা মমৈদ পুমথা থাদোকহনব ।

মহা : Thank you Doctor—

পাৰ্ব্ব : Hallo, sister কিকোই নর্জ ।

মখুং শোক্ল কোন্নৈ। ময়াম্মক য়ৌ স্নৌ থোকখি—নিপা মচা মঙগুম্ন তৌ চং হিপকমদ হিপখি মোমোন নোক-শগুম ।

মৈ মমথক্লরগ ভানখংপদ নোং ভাল্লে—উচেক মচা কয়া থোংলে মুপী মচা হোগংলে ব্রাইরম চায়রিবগু য়েংল শিংচল্লে—। মমাই মখিং তাথোকউরে,

মুপী : মুখিং থেংলে, লেংখংখিরোইদ্রাও ? চা লৌক্লরগে শিব ভক্ল—?

মুপা। মচা—ফিংন হোগং কোইন য়েং (মুপী উবদ) পাক্ল ! ইবেম্ম নঙন ঐবু অশিরাই খুংতগি শংপিহৌবনি. নথোঙ পায়ত্নন অমুকত খুক্লমশে—চংশিন্দুন মথোঙদ কোন কপ্পুই হোন)

মুপী (ভক্ল) : করিনো করিনে হোনদে তৌহৈদে ঐ পাক্ল নত্তে ।

মুপীমচানে, মনাই মুপীনে তৌহৈদে য়ে। লাওই,

নিংথৌ চেক্লক) : করিনো করিনো কৈদোরগে ?

নুপী : তাধন অমুকত চিংথোকপিয়ো — ঙাওরমানে মহাদেব মনাইসে— ।

নিংথৌন চিংখৎ নিংথিন ক্ষমহন জ্ঞান—ভাহল্লি-হৌদোকই - জ্ঞান তারক কোইন য়েংই ।

নিং : জ্ঞান তারবাও ভায়া নিপামচা ? করিগিনো নুপী মচাগি মখোঙদ কোল্ল কপ্লিববো ?

নিপা : হেরা, ঙরাং অহিং মঙদ ওন্থোকপ লাইতাক ১ খুলহৌরে—(মরুপ শাব, অথোব, মীনাই. অতৈ নুপীস্থ পার্ব্বতী শাবী—ইকাইথবীকাস্থ মথং মথং লাকই কৈদৌরে হং ফিংন চেল্লক— ।

নিং : ঙাইখো লাংখিনু মমঙ তমখিসনু ।

নিপা : অশিরৈবাক য়ৌনব বস্ত ঐখোয় ময়াম নেশা চাব মখৈ কাখৎলো পুরনি সিদ নৈব হিংথখিব য়াররোই হায়তুন ইল্লে খংহৌদন মহাদেব পার্ব্বতী ফাওরক্লে—ফোং লাওন ঙান। যমরাজ ওইবতায় চিক সাজন অতুদ মহাদেব ইবুংঙোন মতম খর নৈজখিসনু থাম্মে স্তুকয়া য়াদে হায়জ চৎচব য়াদে হায়তুন। মমৈদ ইবেম্মা পার্ব্বতীন র্জ্জ ওই. অতুঙৈ সাবিত্রীন সত্যবানবু সেবা নিংথিন তৌরগ হিংগৎহনবগুম লাইয়েংবিগে হায়রবদ যমনিংথৌন থাদোকপিরম্মে অতুগ হায়বিরম্মি নোংম নোংমগি হন্থ হন্থন চারগ মমৈদ পুমথা থাদোকনব রাশকউ হায়। মহাদেবন জামিন য়াবি থাদোক-পিরম্বনি । ময়াম অমুক্ত মহাদেব খুরুমসি ।

মযাম : মহাদেৱ ইবুংঙো, হৱ হম্ৰ খাপৎচরি নলাই ঐখোয় খৱাই কনবিবগি। নমিংদ ৱাশকচরি হন্থ হন্থন চা থক নেশা খাদোকচনি মতম থরগি তুংদ।

নিপা : নুপীমচা য়ুমদ চংলো উংলব মচা ১ কংনব ইমাখোয়দ হায়রক্লো, য়ুম হল্লসি ময়ামস্থ মহাদেৱদ কংশ প্রসাদ থুল্লুসি।

